# "মতমগী হস্তিনাপুর"

অইবা

বিজ্ঞানেশ্বর বাংখেম



Matamgi Hastinapur (drama)
Written by Bigyaneshor wangkhem
Published by Naharol Ayiba' Tinnasang ( N A T ), Lilong

অহানবা থুঁনম :

লাইরিক মশিং : ১০০০

হক :— অইবা

অকোঙবা —নহারোল অইব' তিন্নসঙ ( নাত ), লিলোং বাজার, ইম্ফাল ।

মমল — লুপা : ২০

মশুম, ব্লোক অমসুং নমকম

ইবেলৈ প্রিন্টিং & স্তেসনরি ৱার্ক'স
লিলোং বজার, ইম্ফাল ।

# ৱায়েল অমতং

সেপ্তেম্বর ১৯৬১ দা পোকপা, হাওবম মরক কৈসাম লৈকাই, ইম্ফালগী বিজ্ঞ'নেশ্বর ৱাংখেমনা পুথোবক লবা "মতমগী হস্তিনাপুর" হায়বা লিলা অসিনা লাই অমসুং মী হ'ক্কক্রা চৎনরম্বা লৈঙাক ৱায়েল বাজ'নন্তিগী ইবৈ শমদি ঈচেলগা হৌজক্কী মতমসিগীগা মতম অমম্ত্রদা উনহনবগী নুংঙাইববা মঙাও অমা পী। অনিমক য়েংলগা লোঃবা নাইদনা থর্ক্তনিংবগী মঙাও অমসু পী। মসি কৈ, মতম পুথদা পুন্সিন্বু য়েংবনা অইবগী হৈনবী নৈবা মাল্লি। পূন্সিবু থিডিজ্দুনা মথা তানা ইরক্কনি হায়বগী থাজবা লৈ। য়াম্না ঙুংনা, ইনৌ নৌবা মঙংদা চঙশিল্লকপা হুৎই তসিবু নহারোল অহব' তিম্নসঙ্ (নাত) না পুরিং থৌগৎচবি। ঐগী মাইকৈদগীসু খুংঙায়বা ফোংদোকচবি।

লোইননা নৌরিবা নহারোল অইবশিংবুসু মতম চুক্কদা 'নাত'না তাঃজরি।

শিলোং
তাং ১১। ১২। ৯৪ইং

ৱাঃরোকপম গোনেন্দ্র,
প্রসিডেন্ট 'নাত'

# রাহৈ খরদং

বিজ্ঞানেশ্বর রাংখেম হাওবম মরক কৈসাম লৈকাইদা ১৯৬১দা পোকখি। মোং হাজদবা ভপচবা মীওইনি। লাইগী মতমগী রারীগী অনোক উপ্তনা ঙসিগী খুন্নাইসি য়েংলুবদা মানা উই, নমথি হানৈ, অপুম-অসানা থল্লবা খুন্নাই অমা, অমোংপা লৈঙাক, অমম্বা রায়েল লল্লোগ্লনা চাকখাও পায়রকপা, খুৎলাই পাইবা, আইন ঙাকপসিংনা মুপীগী চুজ্জং তেমসিংলকপা, ফম্নাইবগী অমোং-পসিং । ওঝা জি সি তোংব্রাগুয়া নাকহন নোকহন্না মসাগী অসোয়্যবসিং উহন্নবা হোৎনরকপগুম অঙবসিনা হোৎনরকই। মীৎয়েং অসোমদদি লময়াম্বসিংগী মরক্তা মাস্থু অমনি । লাইরিক অসিমক মীতৈলোলগী সাহিত্য পুক্কদা অচৌবা খুদোল অমা ওইরবনি। মঙোন্দগী মথং খুদোল কয়াগী থাজবা থম্লি। মাগী হান্না ফোংথ্রবা লিলা "মতমগী কুরুক্ষেত্রদা বিশ্বরূপ দর্শন" (১৯৯২)দস্থু লমসিগী লৈঙাকলোন, থানাগী অমোংপা, মুপীগী লমচং করেম্ন-রকই, চুমথোক্লবা হোৎনরকই ।

নহারোল অহৌব' ভিন্নসঙ (নাত), সেপ্তেম্বর ১৭, ১৯৯২দা লিংখি । মসাগী হৈসিংবা ফোংদোক্লনা কৈরিবা নহাসিংদা ফোংদোকহল্লক্লবা অমদি ইম্ফাল ময়োলদগী থাপথখিবা মফমদগীস্থু মীতৈলোন সেমগৎপদা খুমাঙ চাওসিল্লক্লবা পান্দমদা লিংখিবনি । লাইরিক অসি 'নাত' কী অনিস্থুবা খুদোলনি ।

ঙসিদি 'নাত' মীতৈলোলগী সাহিত্যদা খুদোল তৌবা ঙম্লে । মখাতানা খুদোল তৌনবা হোৎনবা লেপত্রি ।

স্যামকুমার লাইস্রম

থৌবুরেল, 'নাত'

শিলোং, ১৬।১২।৯৪ ইং

# অইবগী ৱারোল

পৃথিবীদা মমিং লৈরবা অঙনবা মতমগী মহাকাব্য অমদগী শরুক খরা লৌথোক্লগা বিজ্ঞান অমদি তেক্নোলোজিদা খমথেংনা চাওখৎলবা যুগ অমদা চৎনরকপা য়াবা লৈঙাকলোন্দা যুম্ফম ওইরগা পানখৎলিবা লিলা অসি তশেংবদি অতুপ্পুম্নবা থাইনগী সাহিত্য অমদি সাহিত্যকারশিংবু ইকায়খুম্নবা উৎচবনি। লিলাসিনা অমুকন্‌সু মতমসিদা চৎনরিবা ধর্ম্ম অমত্তদা শেরাম্নবা মিৎয়েং য়েংতুনা অকনবা চৈথেং পীরুবন্‌সু লৈতে। কৃষ্ণ অর্জুনগী ডাইলোগ (সিন ২/৩দা য়াওরিবা) অসিনা ধর্ম্মদা হুকচিন্না থাজজবা হৌজিক্কী মীওই খরদা লান্না লম্জিংগদবা ৱাফম লৈজদে।

লিলাসিদা য়াওরিবা লৈঙাকলোনগী ফিবম অসিসু হৌজিক ওইরিবা জাতি অমত্তগী লৈঙাকলোনগা মরি লৈনদে। তুংদা ওইরকপা য়াবা রাজনিতিগী সমস্যা খরা অইবনা কল্পনাগী মতেংনা শাগৎখিবনি। অথম্নবা লৈবাক অমগী কৌথৎতুনা নৈনবা নত্তে। থোক্লিবা থৌদোক, য়াওরিবা পাত্রশিং হৌজিক্কী মতম, হিংলিবা পুন্সি অমত্তগা মরি লৈনদে।

অরোইবদা লিলা অসি লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা হেৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা 'নাত' কী প্রসিদেন্ত, শ্রীরাইরোকপম গোনেন্দ্রগী মফমদা শিংত্নরোইদবা লমন তোনশিল্লে।

# মতমগী হস্তিনাপুর

লিলাসিদা য়াওরিবা পাত্রশিং

নুপা — ভীষ্ম

সকুনি

দুর্যোধন

দুশাষন

যুধিষ্ঠির

ভীম

অর্জুন

নকুল

সহদেব

কৃষ্ণ

নহা১/হিরাং অথৌবা

নহা২/দেউল

ইঞ্জিনিয়ার

বোরা উচি

ভাকশেনবা মীওই ২/৩ অসিনচিংবা

নুপী — কুন্তী

দ্রৌপদী

মফম — নিউ হস্তিনাপুর

মতম — ঘোর কলিগী তংখায় চাক্কপা মতম

# মতমগী

## হস্তিনাপুর

১/১

মফম — অঙম অথৌগী কা (মতনগী অকে অমৌ, বৈজ্ঞানিক ওইবা পোৎ মরাং কায়না উঙ্। দুর্যোধন, দুশাসন লোয়নননা সকুনি বা তান্নরি।)

দুর্যোধন—হন্দক্কী মতাংসিদদি মামশ্রী, নঙসে ঐনা লাই ওইনা উরেবো। কদাইদৈ লৌশিং অরিবনো মামনা পুথোক্কি-পিরকইসিবো? ওন্তোক্লা মতমগা চুনরে হায়বা।

সকুনি —কোক অরিবনা শেম-শাবা প্লান-প্রোজেক্ত কয়া শোয়বা য়াব্রনে দুর্যোধন। নঙ মাম অরায়বা মীওই নত্তেনে। গন্ধার ষ্টেটতা এদমিনিষ্ট্রেসন কুইনা পায়রমহুনা অফ-ফত্ত কয়াগী এক্সপরিএন্স মতিক চানা লৈরবা মুপানি। হন্দক্কী মতাংসিদা ঐখোয়না উয়ারক্রাফ্‌ট মৈ চাকহল-লনদ্রদবু ঐখোয়না শক্তি পান্নবগী আশা লৈগদরো? খল্লুনা য়েংউনে।

দুশাষন —মাম, শক্তিগী আশাদি লায়রদনা মখোয়গী খুরক্কী নাম্বা অচোয়-অপা থরা চাহ্না লেল্লমগনি ।
মামগী থৌজালদগী ঙসিদি ইচিন-ইনাও চাম্মনা শক্তি পায়বগী মুংঙাইবা লৌবা ঙমগদৌরিবনি ।

দুর্যোধন—অহ্নাদি মুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা অঙাংবহু লিক্লি অমত্তং লৌরুচে। । নঙ মামবু পেগ অমা অনিদং হাম্না ফংহনখিসিদনা ।

সকুনি —হঁ মতুগী মতম ৱাংলি । হোরেন থেংথরক্লগা ইংনা চিক্লা ভৌসি । নহোয়গী য়াইফনবা থনবদা নঙ মাম কোক য়াম্না শাবজাৎনি । ইঞ্জিনিয়ার ময়ামগা ৱাতাম্নবদা হন্দক অহিং কয়া তুম্বপোং নতে । গুপ্তচর বিভাগকী মীওই কয়া পার্টী ভৌমিন্নহ্না থম নৈনবা কয়া চৎথ-রবগী তুংদা ’সিগী ফিভমসি ভার’ক্লবনিকো ।

দুশাষন —থঙজরে মাম, হন্দক ইঞ্জিনিয়ার অমদি গুপ্তচর বিভাগকী মীওইশিংবু মতিক চাবা প্রোমোসন থিন্দোক্লবা থম্নবা হৌবা য়ারে ।

সকুনি —হোয়নে হোয়নে, করিগী মহোয়না অরেম্বদা পংৱাদা ৱারু-গদৌরীবনো ? অৱামল ভৌদবা য়াবা নত্তে । ’সিনা সি ওইগে, মহোয় ৫ অমদি মনি-মমৌ পেংলোইবগী থৌরমদা নহোয় মপুং ফানা শরুক য়াগদবনিকো ।

দুর্যোধন — য়াজগনি মাম ।

সকুনি — নত্রবদি মীয়াম্না মচিন-মনাওশিং দুংশিনদে হায়বা ময়েক

শেংনা খণ্ডগ্রগনি ।

দুর্যোধন—খংলবরা দুশাসন, নঙস্থু হায়নরিবা ৱাসে ।

দুশাসন —খণ্ডজরে য়াম্বুং । পুম্নমক মায় পাক্লবা হোৎনবদা ঐস্থু অচৌবা শরুক্ক য়াজগনি ।

সকুনি —অহানবমক্তদা প্রেসকা উম্নতুনা খম্মোয় শোক্লা অৱাবা ফোংদোক্কদবনি । মুমিং ওনি জাতিগী ফিরাল তংথায় চিংথগনি । অৱাবা ঈশৈ যন্ত্র কয়া খোংহনগনি । পান্দবনা লৈরম্বা মহল ম্যুজিয়ম ওন্থোক্তুনা মহোয়না পায়রম্বা খুৎশু-খুৎলায় কয়া মীয়ামদা য়েংহম্নবগী খুদোংচাবা ফংহনগদবনি । মহোয়না শিথিবা মুমিংসে মখং চহিদগী জাতিগী পুম্না ভাব তানিম্নবগী মুমিং হায়না পালন তৌগদবনি খংলবরা ?

দুর্যোধন—মতাংসিদা পাবুং অমদি পিতামহগী করি মং লৈরমগদগে ?

সকুনি —ইহে ভাব মুম্না তাত্রিনে অঙাংসে । মখোয় অনিদি মমিংতগীনে । শাসনগী চুপ্লিদি নঙনা পায়গদৌরি-বসিদি । নঙগী য়াকা মতুংইম্না মহোয়না থবক তৌগ-দবনি । সহি লৌবদনি মহোয়দা চংকদৌরিবসে ।

(মতাংসিদা তেলিফোন লাকই, দুর্যোধনা পায়খংলি)

দুর্যোধন হল্লো......... করি হায়বা (দুর্যোধনা ফুক হৌগংলি), আশা পুম্বা নিরাশা ওইগ্রবা । (সকুনি, দুশাসন ইওক ওক্লা হৌগংলকই) আ... ... ... আ... ... ... খঙ:ঙ খঙঙে । (তেলিফোন থমগ্রে) ময়াম পুম্নমক লোয়রে

... ... . প্লান পুম্বা ফেল ওইরে। পুম্নমক মঙ ওইবম্লে।

সকুনি — হায়, দুর্যোধন, কবি কবম্বা ৱাফম্লো নঙ মাম ভাব অমা তাদ্রেনে।

দুশাষন — য়াম্বুং, মনেক শেংনা অমুক্তা ফোংদোকপিরকউ কৈদৌবগে ?

দুর্যোধন — থম্মোয় কাযবা ৱানি। পান্দব শিদ্রে — ... ...।

সকুনি — করি হায়বা ?

দুর্যোধন — অচুম্বমক্তি পান্দব শিহৌদ্রে। হৈশিংনা নাম্ভোকহৌবে। কনাগী অরোনবা পাণ্ড ফংবনবো থডদ্রে মৈ চাকখিবা ইম্নাবক্তাফত অতুদা পান্দব মঙা অমদি মনি মমৌ ভোংলনদ্রে।

সকুনি — ইম্না লাকচৈদা, মচায়না চৈঙোন্দগী কণ্ড-লৌশিংদা হেনখ্রবকো।

দুর্যোধন — অহুনি মাম, থবক পায়খৎপদা খব তুং-মাং য়েংনা, মুম্না খম্বহৌরগা পায়খংদি হায়জবদো। হৌজিক্তি করি আশা অমুক তৌখিনি ? পুন্সি চুম্না পান্দবকা মীনাই ওইদুনা লেনবা তাববনি। মাম লৈরি ঐথোযগী-দনক্তা হায়দুনা চাওথোকচকবসিদি ফুদিণ্ডা মাংজোং চোংবা তারম্লে।

দুশাষন — হায়বিয়ু মাম, হৌজিকপু করি তৌনিংঙাই লৈব্রিবগে ?

সকুনি — ৱাগম্নু ইমাকশা। নঙ মাম লৈরিবৈদা নখোয়না নমায়

ফিক্কক খুমহুনা লেনগদবা নত্তে। থৌরাং অমা শোয়-খ্রবস্থু অনৌবা থৌরাং হেক্তা পায়খৎকনি কৈনো ? নঙ মামগী বুদ্ধিনা মচিন পণ্ডিদ্রিভৈদা ইমাকশিংগী করিস্থু রাৎলোয়য়ে। হৌজিক ঐখোয়না ভৌগদৌরিবসি মহোয়বু থাজদ্রে হায়হুনা দরবারদা রাকৎপনি।

দুর্যোধন—মহুবু হেক্তা য়াগদরনে ?

সকুনি—এ, কৈদৌবগী য়ারোইদৌরিবা ? মহোয়গী হৌজিক মরাল শিজিনফম ভারিদা লৈরে। থম্নুনা য়েংউ, পোৎচৈগী মমল কন্ট্রোল তৌবা ঙম্লিবরো ? শেঙ্গা থুমজানস্থু হারে। প্রজাশিং রাবনা হা হা কার লাওনরে। মসিদবু ঐখোয়না তুমিন্না লৈথোকপা য়ারিবরো ? পিতামহদা রাকমসি হৌদোকপা তায়।

দুশাবন—অহুবু মাম, দরবার মেম্বরশিংসি, ঐখোয়না হায়বা খুদিং মহোয়না য়াবিগদরো ? ঐখোয়গী পক্ষদা মহোয়বু লেপ্পিয়ু য়াগদরনে ?

সকুনি—পঙথখ্রকো নখোয়সে। করিগী য়ারোইদৌরিবনো ? মহোয়না অপামবা পোৎ ঐখোয়না পিগনি। ঐখোয়না মহোয়বু কাজিন্দুনা মতম থরা থম্লগা মন্ত্র মথল শুনা কামশিনগনি। মহু ওম্ববগীদমক শেলদি দরকার ওইনে।

দুর্যোধন—শেলগীদি করিমত্তা চিংনবিরুগসু মাম।

সকুনি—অহু ওইরবদি বস লোয়রে। লিলা লোয়রে হায়বা য়ারে।

দুর্যোধন—মামা, হঙ্গিন হঙ্গিন মায়থীরক্লবনিনা ঝাখল থর মুম্না তৌরগা হন্দক্তি থবকাস পায়থংসি। মায়থীবা হৈনদ্রবা ঐহাক্না হন্দক ফংলিবা ইকায়বা অমদি মাংখিদ্রবা ইজৎ কয়াসিগী ক্ষতিপূরন হন্দকমুক্কা শোয়রবাদ মতিক চানা তানগনি 'সিমত্তং থঙজিনবীয়ু।

সকুনি—ইমাকশিংগী য়াইফনবতা খল্লিবা নঙ মামবু নহোয়না লাম্না লৌগনু। অহিং মুংথিল নায়দনা শাসনগী চুপ্প করম্না নহোয়দা পায়হনসিগে খল্লিবা সকুনিনে। অতুক স্নুম থোকউ হ'য়না তমাখবনা শোয়রকপগি ব্রাত্তনি। সকুনি ঐনা হেন্না মায়থিবতু য়ানিংদ্রে। কাম্নদেসে, ভোৎ খোম্বা হৌরসি। হৌজিক ভোৎ খোমবগী মতম্ন। ঐখোয়না 'স্নিদা স্নুম পনশিন্দুনা লৈবগী কাম্নবা লৈতে। নঙগী মরুপ কর্ণ, অতৈ মরুপ মপাং কয়া উম্নসি হায়হুনা তেলিগ্রাম থাখো। লৈবাক্কী ওইনা লৈরিবা অমদি ঐখোয়না হায়বা য়াগদোবা পাওগী সংস্থান কয়াদা। ঐখোয়গী খোল্লাও কয়াসি মীয়ামগী মফমদা য়োৎহম্নবা অমুক্তা শিনবিয়ু হায়সি। মীয়ামগী সহযোগ য়াওদনাদি নীংলিবা কয়াসি ওইথোকপা য়ারোই। স্ত্রিট মীটীং কয়াস্নু তৌনবা শিনসি। চংলসি লাকও, থবকসে য়ান্না য়াম্নি। হৌজিক লিগেল এক্সপার্ট থরা উম্নরুখিসি। (পুম্না চংশম্নখি)

..........

মকম হায়গী তুমক

( পান্দব মঙা অমদি দুর্যোধন, দুশাষন, সকুনি, নাকপাক নাকপাক লেপ্পচুনা ব্রা ঙাংনরি )

দুর্যোধন · হৌজিক পান্দব নহোয়গী পাম্বার পুম্বা ঐখোয়না লোয়না পায়শিল্লে । ফমদারবা মীশক হায়বদো নখোয় ওইরে ।

য়ুধিষ্ঠির—হন্দক্কী ভোৎ অসি নিয়ম চুম্না পাংথোকপা নত্তে । মসিগীদমক ব্রায়েনশঙ অচৌবগী ব্রায় ঙায়নবা তারি ।

সকুনি—ৌল অমা খংপা থোক্লি হায়বৈ মতিক ঙাংনরেনা করিনো ? করি করম হায়না ভোৎতা নিয়ম চুন্নোই-দৌরিবা ?

দুর্যোধন—ব্রাশিংসে খর খন্তরগা ঙাংনসিকো । করিগী নিয়ম চুম্বা চুমদবা মফম তাজরগা করি অমুক ব্রাকৎনিঙাই লৈরিবগে হৌজিকপু ?

সকুনি—হৌজিক য়েৎনচুনা লৈবগী মতম লৈত্রে । ঐগী ব্রাদি পান্দবপু চহি ১৩ ভোৎ লেপপা য়াদবগী হুকুম অমা থুনা নহোয়গী পিতামহ ভিস্মদ থোকহনবা তাই । লৈবাক ইরাং হৌহনবা; মায়ামগী পুন্সিদা তং তাদবা

অমা পিবা, পব্লিক ডিস্ত্রিবুসন সিষ্টেম ফেল ওইহনবা অসিনচিংবা ময়ামগীদমক পান্দবপু চহি ১৩ ভোৎ লেপপা য়াহল্লোইদবনি লোয়নন৷ লৈবাকসিগী ৱাংমদা হায়রিবা মতম অসিমখৈ লৈরুগদবনি। করি হায়নিংবা লৈরি ইমাক হুবুংঙো ?

দুর্যোধন—মামশ্রীনা করি হায়রিবা ৱাফমশিংসি ঐস্মু অতুম য়াজরে। অতুগা মতম থরগীদা ওইরবস্মু দ্রৌপদীবু ঐ-খোয়গী মীনাই ওইহনবা তারি দুশাষন।

দুশাষন—য়াম্বুং ।

দুর্যোধন—হৌজিক কাওবা দ্রৌপদী মখোঙনা থোংনা মফমসিদা লাক্লিবরা ?

দুশাষন—লাক্লবস্মু য়াম্বুং মঙকশম পায়তুনা ইল্লরুগা লোয়রে।

ভীম—পনচালিনীগী ইজ্জৎ মাঙহনগদোবা কনা লৈরী তাই-বংসিদা ?

দুর্যোধন—এ এ অঙাওবা মীহুন অমা কাংঙকইনা করিনো। থাজদবগী ভোৎ কৌনজ্রিডৈগী মমাংদা হুফ ফজনা কম থাদোকহৌরগদি ঐখোয়না অসিগুম্বা অত্যাচারসি তৌরকখিগদ্রো ? অর্জুদি নঙনা ফমদারবা মতুংসিদা অঙাওবা মিহুল কাংঙকতুনা কৈদৌদৌরিবা ? দুশাযন, কৈদৌরিবগে নঙবো ?

দুশাষন—চৎচরে য়াম্বুং ( চৎখি )

য়ুধিষ্ঠির—মামশ্রী, ঐখোয় কম থাদোকপদি য়াজরে অতুগা চহি

১৩ ভোৎ লেপপা য়াদবা অমদি মপান্দা লৈরুবা হায়বসিমদি পান্দব ঐখোয়গী অধিকার শোকপা রাক্মি। মসি মীওইবগী ছ্যামেনিটি গ্রাওন্দা য়েংনবা নত্তে। লমন খুম্নবগী মওংদা চথনরবদি জাতিসিনা চাওখৎপগী লমজেন্দা শরুক য়াবা কৈদৌঙৈদসু ওয়্রোই।

সকুনি—ইমাক ইবুংঙো, মসি ঐখোয়না পংথৌ তৌবা ওস্না নত্তে। নৈঙাক পথাপকী ক্রেনরাক মনুং চম্না তৌবা থবক্নি।

অর্জুন—নৈঙাক পথাপত্তা অসিগুমবা নিত্তি নিয়ম অমত্তা য়াওদে। করি ধর্মনো, ফমদারে থন্দুনা ওৎনৈবা য়ারনি হায়বৈ মত্যাগুন তৌবা মাল্লি। রায়েংশং অচৌবা লৈনরি কাউনরমাল্লে।

দুর্যোধন তৌরিবা থবক পুম্নমক আহনদা থঙহৈরবা বিশেষজ্ঞ ময়াম অমা তাম্নগা পাংথোক্নবা হোৎনরকপনি। তৌজোনে, করিসু হায়দেনে ঐখোয়দি, লৈবাকশিগী খ্বাইদগী চাওরবা রায়েংশঙদা রাকংলু য়াইয়ে। ফম পায়নবিরিঙৈদা লৈবাক ক্যাংখোং চাইহনবহু মথা চৎথগে য়াদ্রগা শাওনরিবসি থত্রুরগদি লৈক্লক অহোবদা চংনিংগনিদা।

সকুনি—নহোয় পুন্ননক ঐগী ইনাক ঙাক্তনি। অমগা অমগা নিংঙাই শংদানবা য়াবা নত্তে। থোরক্লিবা হুকুম খুদিং

পান্দব নগোয়না ইনবা তাবনি। মসিদা অতু অদা হায়নবগী মতম লৈতে। দ্রৌপদীবু মীনাই ওইহনবা হায়রিবসিসু থোইদোক্লা অকায়বা রাকম নত্তে।

ভীম— ফমদারবশিংগী মুপীবু লমন খুত্নগী মওংদা মীনাই ওইহনবা য়ারোই। মীয়ামগী মীহুৎনা লৈঙাক শাসন তৌবা হস্তিনাপুর লৈবাকসিদা নুপীবু অসুম্না অপমান তৌবা লৈঙাক পথাপনা অয়াবা পীদে।

সকুনি—হায়নরিবশিংহু লোয়না ওন্নরে। মুপীবু অপমান তৌবা নত্তে। ঐনা হায়রিবসি মুন্না খল্লগা রা ঙাংঙকউনে মুংশিরবা ইমাকইবুংঙো। মাবু নহোয়গা লোয়ননা লৈবাকসিগী রাংমদা চংখিগদবহু অরাবা কয়া থেংনরুনি কনানা খঙনি। মসিদা ঐখোয়না নিংঙমক্তহুনা হস্তিনাপুরদা অসুম থম্লনবা হোৎনরকপদা মীনাই ওইনা লৈহনবনা ফরদোমাল্লে খল্লবনি। মমিংগী রানি মীনাই ওইহনবা হায়রিবসিসু। করিসু থোয়দোকপা থবক শিজিন্নগদবা লৈত্তে। ঐখোয়গী পাটি তৌবদা য়ু লাম্মোক-লানশিন থর অতুম তৌজবা 'সিমঙাইদনা।

য়ুধীস্থির - মাম, মামহোয়না হায়রিবা থুদিং য়াজরগে অতুবু দ্রৌপদীগী রাকম অসিমদি ঙাকপিয়ু। ফংসু ফত্রবসু লৈঙাকপা ওইরম্লিবশিংগী মুপীনি। রাজনিতি তৌবা হায়বসি পিবাকম নত্তে। অতুক মতম থরা শাসনগী ভার লৌনবগী রাতনি। অসুক য়ান্না মুংশিহৈত্তবগী

শাজৎ নুপী অমদা চৎপা হায়বসে লৈবাকসিগী প্রজা-
শিংনস্থু য়ানিংলোই।

দুর্যোধন— করি ! নুংশি হৈতবগী শাজৎ কায়না, অদুগা অমুকস্থু লৈবাকসিগী প্রজাশিংনা য়ানিংদবা হায়রবা। য়াম্না নো-ক্লিংবা রাফম্নি। নহোয়গী লৈবাক শাসনগী মতমদা বন্দ হড়তাল কয়ানা নিনি কাংদবমথৈ তৌথিবদু প্রজা-শিংনা য়াবগী থুদম্রনে গধাশা।

ভীম— মদুদি নহোয়না ইনশিন্দুনা তৌহনবনি। ঐখোয়গী লৈঙাক শাসন্দা পেন্দবা লৈদুনা তৌবা নত্তে।

দুর্যোধন— করি ! মরৈ অমা পাম্লিবসি থদৎনিংথেদা। নহোয়না তৌরিমথৈ হোয় মায় হায়দনা পংয়াদা য়াও হায়রিও ? নহোয়গুম্না ঐখোয়স্থু লাইরিক লাইগু মতিক চাম্না হৈ-নরগা রাজনিতি য়াওনরকপা ঙাক্তনি। শক্তি নহোয়গী নরৌ শঙাই ঐখোয়না কৈদৌনা থঙজোইদৌরিনো ? (মতমসিদা দ্রৌপদী দুশাষম্না চিংদুনা পুরকই) দুশাষন, মুংশিরবা ইনাও ইবুংঙো, নঙতনি ইয়াম্বগী মতিক চা-রবা ইনাওদি। অদুনি অদুম্না নমদুনা পুরকদবনি।

ভীম—(শাওনা) দুশাষন, নতৈমবু থাদোকউ নত্রবদি ভীম ঐগী ইত্তিক ইগুন থঙহনগনি।

দুর্যোধন—কমদাবশা, নত্তিক করি লৈদুনা শক্তি শিজিন্নগদৌরিবা ? হৌজিক্তি হস্তিনাপুর কৈথমশঙদা নপুক্তি চুম্না ঐখোয়-না নজর বন্দী থম্বা ঙমগনি থঙউ। মী অমনি

হায়তুনা ৱা-কাদি চাওনা ঙাংলকইনে। লৈবাক ইরাং হৌহল্লি, ডাকুশিংগা মান্নহনা লৈবাকসিগী প্রজাশিংগী লন-থুম মুনবা য়াওরম্মী হায়তুনা মরাল অমা শিজিন্নগা নপুন্সি চুপ্পা কৈগুমশঙদা থমবদা করম্বা ৱায়েল-শঙ অচৌবগী ৱায়েলকোক কনানা নখোয়বু কনবা ঙমগদৌরিবা ? মীশিংসে ভাব ইত্তা তানখিদ্রেদা।

দ্রৌপদী—(কপ্তুনা) দুশাষন, নতৈমনি কাউরবরো ঐসিবো ? ঐবু অমুক হন্না শোক্লকনু। লমন থুম্লিবা হায়বতুরা নহোয়-গীসিবো ? ঐখোয়গী ইরালবু করিনো ? মীয়াম্না য়াতুনা লৈঙাক মপু ওইরুবসিদা নহোয়গী নপোৎ নরল করি মুনখ্রবগে ? নহোয়ম্নু য়াওনা শাসনগী ভার পুমিন্নসি য়াদ্রে অতুগা তৌরিবসিবু করিনো ?

দুশাষন—মীনাই অমনা ৱাকৎপগী মতম হেল্লে। ফমদারবশিংগী মরা লৌররোই হায়রতুনা পিতামহনা নহোয়না থাদোকচে পিশিনবা মতমদা তৌখিবা রকয়েন্দেসন কয়া মরা অমত্তা লৌখিদ্রিহদি। নহোয়নদি পিতামহগী শাসন মতম খরগী তৌহন্নিংবা, মতুমক্তি ওইখিদ্রে। হৌজিক মীনাই ওইরো হায়বসিদা অতু অদা অমুক হায়নরিসিবু করিগীনো ?

দুর্যোধন—দুশাষন, মীনাইশিংগী মরা অতুম তাতুনা লৈরগাদি থবক অমত্তা চথবা য়ারোইদ্রে। নঙনা চথনিংবা থবক চথো। নয়াম্বুং ঐনা য়ারি। হৌজিক পান্দবকী

মমাংদা পনচালিনিগী নিংথিজনা শেৎলিবা সাড়ী চিং-থোকউ।

ভীম — করি হায়বা! (চংশিনগে তৌই) দুর্যোধনা পোক্লাওবী অপিকপা পুথোক্কনা উৎলি। দুশাসনা সাড়ী চিং-থোকপা হৌরকই। দ্রৌপদীনা য়াদনা ফনা হেৎনৈ, ঙমদে। মতমসিদা ভীষ্ম লাকই। শাওনা কৌরকই, "দুশাসন"। (দুশাসন সাড়ী চিংথোকপা লেপ্লি। লোয়নমা দ্রৌপদী সাড়ী অমুক শেৎচিনখি)

ভীষ্ম — শাওনা লৈবাক্কী মীহুৎ অমনা অদুগুম্বা হিংচা য়াইতম্বগী শাজং চংপা। য়েংনিংদে নশক্ক, চৎখো চৎলু। রাজ-নিতিগী লৌশিং মতিক চানা লৈরবনি খন্দুনা, ঐনা মতম-সিদা মীথল তৌবা য়াত্রি থনবদে লৈঙাক-থোদা মতম থরদং শিল্লগে হায়দুনা হৌরগা নহোমনা তমথিরবা শাজং কয়া ঐগী ইমাংদা চৎলবা।

দ্রৌপদী— পিতামহ (কপ্পুনা) দুপীবু মওং চানা অপমান তৌ-বিরবা লৈবাকসিদা নত্তদ হিংজনিংদ্রে। অত্মাঘাট তৌদুনা শিজনিংলে।

ভীষ্ম — নুপীমচা, ঙায়খো, ইখৌনা ফনবা শিনগনি। নপুক্নিং লাংশিনু। চৎলো, হোরেন কোম্মা ঐগা পান্দব নখোয়-গা উম্নখিসি। (পান্দব, পনচালিনী, দুশাসন চৎখে)

দুর্যোধন—পিতামহ, লৈখা তারুরবা লৈবাকসিবু চাওখৎপগী মঙাল অমুক ফংহন্নবগীদমক নচুনা চাওখৎ থৌরাং

কয়া পায়থৎপা হায়না লেপ্লে।

ভীষ্ম —নৈবাক্পী য়াইফনবগীদমক্তা ওইরবদি নঙনা হায়রিবা থুদিং য়াগনি। (শাওবা হল্লে)

দুর্যোধন—ইহান হানবমক্তদা পিতামহ, হস্তিনাপুর পব্লিক সার্ভিস কমিশনগী চিয়ারমেন ওজা দ্রোনাচার্যবু ওইহনবা অতুগা হস্তিনাপুর য়ুনিভরসিতিগী ভিঃ সিঃ না ওজা কৃপাচার্যবু ওইহনবনা ফরোইদ্রা ?

ভীষ্ম —ফজে রাফমতু, ওজা অনিমক পিঃ আইচঃ দি ফংলবা ডাক্তনি। মশা মশাগী এক্সপরিএন্স মতিক চানা লৈজরবা ডাক্তনি। ডাক্তর দ্রোন অচুম্বা য়াম্না পাংজবা মীওইনি। মানা চিয়ারমেন ওইবকপদা অচৌবা ফমশিংগী ফম্নাইবা থল্লকপদা অচুম্বা শোয়দনা তৌরক্কনি হায়বগী থাজবা ঐঙোন্দা চেংনা লৈ। অদুগা ডাক্তর কৃপাসু অদু মঙাই, মানা য়ুনিভরসিটিগী ভাইস চানসেলর ওইরকপদা হায়রিবা য়ুনিভরসিটি অসি মালেমগী থাক্তা শিংথানরবা অমা শোয়দনা ওইরক্কনি হায়বগী থাজবসু লৈ। কৈ, নঙনা হায়রিবশিংসি ঐ য়ারে।

দুর্যোধন মথংদা পিতামহ, রায়েলশঙ অচৌবশিং অমদি খ্বাইদগী চাওবা রায়েলশং লোয়ননা শাস্তিরক্ষা ঙাক্লিবা মীওই মকোকশিং ঐখোয়গা থুং চানবা লোয়না শিন্দোকপা পামজে।

ভীষ্ম —হুং, কারগী ? মতুগী মতম চাদ্রি। ঙরাং নহান্দা

হোংদোক হোংজিন্না তৌথিবদা মঙাম্বরি। হৌজিক অমুক নৌনা শিন্দোকপগী মথৌ তাদ্রে। ঙাইহাক লৈতনা ফম্নাইবশিং শিন্নগা থবকী প্রোসেস য়াম্না ঙপকনি।

সকুনি —মামন্ত্রী, মখোয়শিংদো লোয়না অনকালিফাইদ ঙাক্কনি। পান্দবনা মীশক মীমায় য়েংহ্নুনা হাপ্লম্বা ঙাক্কনি। থবক অমত্তা ফজনা তৌদ্রে হৌজিকসে। অহনা শিন্দোকপগী দরকার লৈরকপনি।

দুর্যোধন অচুম্বনি পিতামহ, ফম্নাইবশিং শিন্দোক্কনা ক্লিন এদমিনিষ্ট্রেসন লৈহনবা ঙম্মোই। মহোয় য়াম্না ঙক কনবা মীগুই ঙাক্কনি। ঐখোয়গী মী লৈরি করিস্নু তৌরোই, অরানবা থিগৎলক্লোই খন্দুনা মহোয়না মনিং তৌবদগী লৈবাকসিগী শেল খুমগী ফিভম অঙকপা ফংনা শোর্কচিনহল্লিবসিনি।

ভীষ্ম —মতমদি চাফাত্তুবনি অহুবু ফরে, অনৌবা শিন্দোক্কনা অমুক ময়েংবা হায়হুনি।

দুর্যোধন—অরোইবদ অমুক হায়জনিংবা অমনা, ইং তম্না মরা চেৎপা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইহনবগীদমক পান্দবপু চহি ১৩ ভোৎ লেপ্পা য়াহন্দনা লৈবাকসিগী রাংমদা তাম্মোকখিবা অহুগা দ্রৌপদীবু কোম্নুংদা মীনাই ওইনা মহোয়না হস্তিনক্তিফাওবা লৈহনবা অসিনি।

ভীষ্ম - করি রাকম্নো হায়রিহুবো? করিগীদমক অহুক য়াম্না

য়েংথিনবা, নখোয় মরি-মতা ঙাক্তনি। পান্দবনা করম্বা কৌরবনা করম্বা অমা। পুন্নমক ঐগীদি ইশু ঙাক্তনি। মচু ফজ্ঞে দুর্যোধন, অশাওবা থাদোকউ। নখুত্তা শক্তি শিন্নরবা মতমসিকাও মখোয়গী মথক্তা পেন্দবা লৈ-রিবরনে ইশু ইবুংঙো ?

শকুনি —মানশ্রী, মহোয়গু সুংশিদবগী রাকম করিস্থু লৈতে। অজুবু চিরবা মতমসিদা লৈবাক কনবনা ঐখোয়গী অখোইবা ধর্ম্মনি খন্দুনা হায়জরিবা অসি য়াবিয়ু। ইন্তুলিজেন্সকী রিপোর্ট মতুংইন্না মহোয়না ডাকু থরগা নকশিন্নরগা লৈবাকসিদা লৈরিবা প্রজাশিংগী মপোং-মরল মুলন্নী হায়বগী রাকম হৌজিক হৌজিক লৈরি। অতুনা হস্তিনাপুরদা মহোয়না মথা তানা লৈবা হায়বনে ঐখোয়না চাওখৎ থোরাং কয়া পায়খৎপদা খুরৌ অমদি চেন্নগনি।

ভীষ্ম —পান্দবনা মতুম হায়না তৌরম্নবকো।

দুর্যোধন পিতামহনা মহোয়বু ইচম চম্না উবিরি। মহোয় কা য়ানা হেন্নরনি। অতুনা মহোয়বু য়ামদ্রবদা চহি ১৩ তাস্লোকপা হায়বসিদি তৌদবা ইয়ামক য়াদ্রবনি।

ভীষ্ম —ফরে, থগুলে পুন্নমক। রাকমতু ঐ অমুক্তং খনথিগে অতুগা দ্রৌপদীবু মীনাই ওইহনবগী রাকমতুদি ঐনা স্নুকয়া য়াবা ঙম্লোই। (সকুনি, দুর্যোধন য়েংনরগা থোকখ্রে। মৈ মমথরক্কই লোয়ননা অইংবা মুজিক)

## মতমগী হস্তিনাপুর




ঐ লম্ম্ কুরে লম্বী অনিদা। ঐঙোন্দা লমজিং লমকুদে
পিবিয়ু ইমা গঙ্গা, নচাগী পুন্সি পলেপকম খঙদরে।
হাস্তিনাপুর কঙ্গানংলিবা নচাগী আশা অরেম্বদা মাঙ-
হনবিখিগনু। চহি ১৩ অৱাবগী ঈপাক্তা লুপ্পা তাখে্-
দকো হস্তিনাপুর। করি তৌবা তায়। করম্না কনগনি।
ঐগী পাঙ্গল লৈরোইদৌরে। ঐগী বুদ্ধি মচিন পঙখে্।

............

মকন লম্লোং অহুম ফাংবা লম্বীনি। ময়ায়দা ট্র্যাফিক আইলেন্দ লৈ। লম্বী অনিমু খগুননবা আইলেন্দা থেংপা সাইন্দবোর্দতা রে ভু গোকুল অমদি রে ভু গন্ধার থাই। হায়রিবা আইলেন্দ অসিগী মনাক্তা দ্রৌপদী অমদি পান্দব মগা পোংয়োম পুরহুনা থে ক্ল-রকই। মনুংদগী ঈশৈ শক্লকই।

চংলোকো হে পতিব্রতা নগুদি
মুংশিরবা নরমদন থাদোক্তুনা
থম্লনব হস্তিনাপুরদা মুপাগী বাংল-আদর্শ।

থাওজিল্লুর খোঙথাং হঞ্জিল্লুরম্নু
মিকুপ্ত হৌখিনি চহি ১৩
মংলান অমা মগুবনি খল্লু
পুন্সদা থীবা থুদি অমনি খল্লু।

লৈতঙ্গায়বু লৈগী সয্যানি খন
হু পুবা মুংশিং মায়োক্নহুনা
লেল্লুখো মীরমদা চহি ১৩
হল্লকউ মায়পাক্না নোংমা নগুদি
খগুহনসি মালেমদা অমুক নৌনা

তাইবংসিদা অচুম্বগী মফম লৈরি।
শীংনবা য়াওননা পুন্সিদা নঙনা
অচেৎপা ব্রত কয়া ভৌদনা
হিংসাবু নঙগী অহিংসানা নমথবা
ওয়োই ইরাই হেক লায়না।

অর্জুন—ঐখোয় খ্বাক্ত লৈরিবৈদা করিগী নঙনা মকশিনবা মায়-থোং উৎপনো দ্রৌপদী, হৌজিক্তি খাওহৈবা তম-গদবনি !

দ্রৌপদী—স্বামী, ঐখোয়গী পাক্কল স্নুকলৈমক লৈররোইদ্রা ? ন্যায়েলবিচার হায়বদুবু ঐখোয়গী ইকয়দদি মচিন পওথবা অাৎলো ?

অর্জুন—ঐখোয়গী পাক্কল লৈখিরোই। করি উপায়দি লৈরি য়েংউ। ন্যায়েল বিচারস্থ রাজনিতিগী মরুমদা মৌ অনৌবীগুম ইকায়না লোৎচরি। ফত্তবা দুর্যোধনগী থৌশিন্নগী পিতামহ ভীষ্মনা হায়গী ন্যায়েনর্বশিং লোয়-না শিন্দোকখ্রে। হৌজিক্তি অনৌবা ফয়াইবশিংদুনা মহোয়গী য়াঙ্কা মত্তুংদুনা খবক পাংথোক্লি। অদুনা ঐখোয়না ন্যায়েল লোয়শং অমত্তদা ন্যাকংলুবদা কায়বা থোয়না ফংলরোই।

দ্রৌপদী—নুপীবু শাখীবা মওংদা অপমান তৌখিখ্রে, হায়বসি পিতামহস্থ খঙখ্রবনি অদু ফাওবদা... ... ...

অর্জুন—হন্দকী মতাংসি পিতামহনা খুৎ থাবা য়াবা মতাং ওইদে। মথম্মোয়মুংদদি কপচরি। মপান্থোক্লা অরোনবা কয়া ফোংদোকপদি ওমখিদে।

য়ুধিষ্ঠির—ইনাওশা, মতমসি য়োরবদবু ঐখোয় নিংবা কায়না লৈখিগদরা? অরাবা তারবা ঐখোয়গী পুন্সিদা লমজিং মৈরা পিবিবা ওমবা শ্রীকৃষ্ণ মহাক লৈরিবসিদি।

ভীম —মহাক্কী মফমদা মতম থরদি চংজফম লৌরুবা তাবনি। অদুগা চহি ১৩ য়ৌদ্রিংৈডদা নমতুনা শাসনগী চুপ্লি অমুক মুন্নবা থোরাং তৌরুবা তাবনি।

য়ুধিষ্ঠির—তপথখোনে ভীম, অসি য়োরবা মতমসিদা হিংসাগী থাখল থাদোকউ। শিরগা লোয়রবা মীওই মপোক-সিদা করিগীদমক ঐখোয়না লৈঙাকপা ওইদ্রে হায়দুনা হিংসাবু পামজনা লৌগদৌরিবনো? কৌরবনা মতম চানা হিংসাগী লম্বী থাদোক্লিংবগী থাখল লাকখিগনি।

ভীম —ঘোর কলিসিদা য়াম্বুং, অহিংসাগী মরুম থুপ্না লৈরুবদা ঐখোয়গী করি তোংজবা ফংলকখিগদগে?

য়ুধিষ্ঠির— মতম্না অমদি ফিভম্না তওনবা কয়া ঘোর কলিসিদসু পুরক্লিবসিদি। তাদ্রন্নবনে নহাকপু, পৃথিবী অসিবু মথন্তুগী-থুবাম মনুংদা থমজিল্লগা অকনবা ওন্থগনি শক্তরমবা অচৌবা লৈবাক থরগী নিংথৌরেল্শিংনা লানগী থুংগু-থুংলাই কয়া মাঙহনখিদুনা মীচম কয়াগী মুংঙাই য়াইফনবগী অনৌবা থৌশিল কয়া পুথোক্লবা

থম্ম-নৈনথিবদো ।

অর্জুন —তাইবংগী অন্না-মুংঙাই, সমস্যা কয়া থঙ্ভিজন উশিল্লিবা প্রকৃতি মানা তৌঙনবী অমগী শক্তোন লৌবা হৌরক্ল হায়বসি থঙলকপদা হৈশিংলবা রাজনিতিল্লালাশিং ফাওবা মথোয়গী রাখল ক্রিরেপ হোংবা হৌরক্ল। অকনবা য়ুহারহাবা. মৈগী চিং পোলথায়রকপনা চংবনা মীওই কয়াগী পুন্সি মাঙহল্লকপদা নিংথৌরেল, শেঙ্গাও পায়বা অকন-অথৌ কয়াস্ত কোম তৌহনা লোৎনগা হিংলরেই থঙনবক্লে। অতুব্ পাণ্ডববা কৌরবতি ওনি নাপলগী ময়াইদা লুপ্লি। মথোয়দা শিগনি হায়বগী থোয়.দাকপা মুংনাংবা অমত্তা ফাওদে।

দ্রৌপদী - শকউদবা মাগী করমবা শোয়নায়রবা থুংশোম্না ভনথিবা মথোয়বু তাইবংসিদা থোঙদাহল্লক্লিবা। তাইবংগী মশক থিহন্নবা লাকপনি।

অর্জুন – ফজবা-অথিবা, অকনবা-অশোনবা শেম্নিবসে শকউদবা মাগী শোয়নাইবা থুংশেম নত্তে। তাইবংসিদা খেন্নবা কয়াহুনা পুথোক্লকপা লিলা কয়াহুনি য়েংবদা পুক্লিং পেন্নিংদি। ( মতমসিদা কুন্তী অন্না মায়থাং পুহুনা লাকই )

যুধিষ্ঠির —হৈমা, ইমা করিগী মকনসিদা অমুক হন্না লাকপি-রিবনো? ইমানা অস্মুন্না য়ুমদগী মপান থোরক্কুনা থিন্দোকপা ফত্তে হায়নৈ। ইমা, খুদোংথিবা অন্নাবা

কয়াবু আমৃতনি খল্লিবা পান্দবনা সিগুমবসিদি করিস্নু ওত্না খন্দে। করিগী অতৃক য়াম্না পক্লিং পিকথ-বিরিবনো? পাবুংতোন বিতুরগী নাক্তা মতম খরদং লৈবিরমখো।

কুন্তি —ইমানা ইচাশিংবু অরোইবা ওইনা অমুক্তংগা উন্ন-খিগে খন্দনা অমুক লাক্লিবনি। হৌজিক গাড়ী থাবা মতম ওইদ্রিবগা?

অর্জুন —ইমা গাড়ী থাগদবা মতম ওইরক্লে। গোকুল চৎপা নত্তনা নচাশিংনা অতৈ মফমশিংদা চৎনিংঙাই লৈতে।

কুন্তি —কেশবকা মনাক্তা চত্তুনা মতম খরা চংজকম লৌরুখো ইচাশা। মহাকা মনাক্তা লৈরে খঙলবদি ইমা য়াদে। ইচাশিংগী অরাং-অপা করিস্নু লৈররোই হায়বা ইমা খঙি। (দ্রৌপদীদা ওনশিন্দুনা) ইমৌইবেমা, নহাকস্নু পান্দম অমদি য়াথল থেল্লবী ননেম ঐগা নকরুবদগী খংডমদ্রবা অরাবা কয়া মায়োক্লরেদো।

দ্রৌপদী—(কপতুনা) কনখোরবা মচা মঙা পোকপী ইমাশিনা অতুম্না পিদোল্লবা য়াঙাং ঙাংলকপা পকচদ্রে। অমুক হন্না হায়বিগনু ইমাশি।

কুন্তী —য়ারুগনু ইমৌসিদি। মতম লাকখিগনি, ধর্মনা লেং-দ্রবা উপালনি। সত্যিগী গুন মতম পুন্নদা ঙাকপা ঙমজবা ওইজো। অচুম্বনা মমৈদা জয় ওইরকখিগনি।

দ্রৌপদী —ঘোর কলিগী হোংলক্লিবা মশক, মীওইবগী হোংলক্লিবা চরিত্র কয়াসি উরুরগা ইমাসি নমৌদি অচুমবনা জয় ওইরকখিগনি হায়বর্গা থাজবা অদুনা পুক্নিং লুপশিনবা ওম্লক্তে।

কুন্তি —অদুদি ইবেম্মা, পুন্সিদা আশা মাংলবা মীওই হায়বদা ঐখোয় ওইবা তারবরা ?

দ্রৌপদী—কলিগী আশা মাংগদৌরিবনা ইমাসি ? ওসি নমৌনা নচাশিংগী তুং ইনজবী ওইহনা চৎকদৌরিবা খোংচৎ অসি ওসগী মীওই মীচম কয়াগী মরক্তা সামাজিক জনচেতনা অমা ইহৌরক্কবনি। মীয়াম্না নিয়ম চুম্না ওইদবা নমথাক্কী মায়োক্তা চংশিল্লকপা খেংজং থুদিং মহ যাল্লোইদবগী মরম নৈতে। (মত্তমসিদা বসকী হোন খোংলকপা মখোল তাই)।

য়ুধিষ্ঠির - ইমা গাড়ী থাগদৌরে, মতম থরা হস্তিনাপুরদা ব্রারবস্নু ব্রানা লৈবীরমখে। নচাশিংনা নোংমদি ইমাগী সেবা মতোল লোম্না তৌজরখিনি। (ময়াম মমা খুরুম্নগা চৎখ্রে, কুন্তি মচাশিংনা চৎখিবহু ওাইহাক য়েংলম্নগা হনখ্রে। শান্তী রক্ষা ওাকপা সুগন্ধ, সকুনি, বোরা উচ ব্রারী শাহুনা থোরকই)।

সুগন্ধ —সাম্ন, পুন্সিসিদা সারগী লমন তোম্দুনতা লৈরগনি। ওসি ঐনা অসিগুমবা থাক অমদা লেপচবা ওাম্লবসি সারগী থৌজালদগীনি। সারগী সুরক্ষাগীদমক ঐগী থৱাই

অসিকাওবা থাদোকপা ঙমজরনি ।

সকুনি —মতম পুমবদা নবুংঙো দুর্যোধন, দুশাষন্নচিংবগী য়াকা য়েংলগা থবক তৌ । মহোয়গী য়ানবা চৎত্রবদি নঙ মী ওইবা ঙমজরোই । ঐনা লমদমসিগী অথোইবা এর্বাদ নঙগী হেন্দোকপা থবক্তীদমক পিনবা হায়নরবনি ।

সুগন্ধ —য়ু আর সো গ্রেত সার । সারনা হস্তিনাপুরগী ইসেন্সিয়েল কমমোদিতিজ কমিশনগী অধ্যক্ষ ওইরকপদগী ঐথোয় গন্ধার লৈবাকসু য়াত্ত পাদবা লমদম অমা ওইহল্লে । লমদমসিদা থোকপা ফৌ-চেং পুম্নমক লোয়না গন্ধার লৈবাক্তসু ফংহল্লে ।

সকুনি —মদু নিনে, নবুংঙো ঐগী এদমিনিষ্ট্রেসনদা হৈশিংবগী থুদম । অদুবু পায়থংকদবা থবক্তি য়াম্না লৈরি । গন্ধার লৈবাক্তা সোডাবাইকব নিশা শুংনবা কারখানা অমা হৌজিক লৈরে । অদুনা মদু ঙসি হস্তিনাপুরগী কণ্ডাওনরবা শুফম চাফম থওত্রবা নহারোলশিংসিনা মথম্মোয় পেয়া চা-থক্রপা মুংঙাইরবা সংসার অমদা তাওদুনা লৈজনবা গন্ধারদগী পুশিল্লক্রবা কন্না হোৎনরি । মদু পুশিল্লকপদা নঙনা অথিংবা অমত্তা পিরুবা য়াদে ।

সুগন্ধ —করিমত্তা পিজরোয় সার । অদুবু লুরিবদি ঈ-পাওগী কাংবুশিংনা থওননবা হোৎনরক্লবদি............ ।

সকুনি —ঐনা মহুদগী ঙাকথোক্রবা শিন্দুনা লোয়রবনি ।

লোম্না হায়গে ( মনাকোং ময়াদা চণ্ডশিন্দুনা হায়খি )

সুগন্ধ —ভাব তাজরে সার।

সকুনি —অদু ওইরবদি নঙগী মিংচৎসু হেনগৎলে। নঙবু এরা'দ পীবদা কনানা করি য়েৎপা ঙমগনি ? পঙগনু. মক্‌মসিদা ঐ লৈরম্বদগী নঙনা চাওজবা পোক্তজবা ঙম্বনি। বোরা উচি

বোরাউচি-সার করি তাকপিগদবা ?

সকুনি —থবক খুদিং মায়পাক্লা চথবা ঙম্বিবা নত্রা?

বোরা —ঙমজরি সার। সনাপুক্কেদা পৈরম্বা ফৌ-চেং ঠেনা ঙমজবা শক্তি শিজিন্নদুনা গঙ্গারদা থৈদোকখিবগী থবক খুমাং চাওশিল্লে। সনাপুক্কেদা চিঙ্গাক ইরৈ লৈশিল্লক্লরে। মদুগী ফলনা কৈথেলদা হৌজিক চেঙগী মমল স্বর্গ পক্লা রাংখরে। চেং কেজিদা লুপা ২০ য়োরে।

সকুনি —হোয়নে মদু য়োনবনিনে ঐখোয়না শিল্লিবসে।

বোরা —প্রজা পুম্নমক হা হা কার লাওনরে। পান্দবক য়েং-থংবা পামলোম ওইরমবা মীশক থরনা ইন্দক শিল্লি-ফাওবা চরা হেননগী খোংজং চংশিন্নবা শেম-শান্নখে।

সকুনি —চংশিনসনু। চরা হেল্লিক্তৈ মনুংদা খুদোংথিবা নংহনগে য়েংঙু। অদুগনে, মীয়ামগী অরাবা কোক্লনবা লৌথৎপা থবক ওইনা থৈদোকখিবা ফৌ-চেংশিংদু থর অমুক হোল্লিল্লকপা তাই।

বোরা —করিগীনো অমুক হোঙ্খিল্লকদৌরিবা সার ?

সকুনি —নহোয়না খঙংপাংনত্তে। স্বস্কার লৈপাক ম্যোথ্রবা ক্যৌ-চেং কয়াহু ঐখোয়না. কা হেক্সা খরচ তৌদুনা অমুক' য়ানশিনগদৌরিবনি। অদু ওইরবদি গন্ধারগী শেল-থুমগী কিভম কগৎলক্লোইদরা ? অদুগা লোয়নননা মীচম প্রজাশিংনা শেল ঙিক্কা শিজিন্নবগী হৈনবী লৈরগনি।

বোরা —য়াম্না ফজবা থৌশিল্লনি সার। ঐখোয়স্তু পানদম অদু ফংনবা হোৎনবদা অশুম্ব মতেং পিজগনি।

সকুনি —গন্ধারগী য়ুভাংসি য়াম্না ফবা কালিভিগীনি। মসি মফম্মসিদা পাক শম্না ফংহন্দবা য়াদে সুগন্ধ।

সুগন্ধ —ঐস্তু মাসগী মরম্দা খনবা হৌরম্লবনি সার। মফমসিদা য়ংহনবদা কান্নগনি।

সকুনি —কিলোমিটর ১/১ খুদিংগী য়ুভাং তুকান অমমম হাং-দোম্নবা শেম শারি।

বোরা —মহারোল শংগী মায়কৈদগী অথিংবা লাক্লোইরোয়া সার ?

সকুনি —য়ু থকপা পামঙ্গবা লৈবাক সদা করিগী অথিংবা লাক্কদৌ-রিবনা ? ভরাম্নহুম স্বাগট তৌনরকনি। শেল থুমগী কিবম শোকচিল্লক্লবা মতমসিদা মতুম তৌবনা লৈবাকী আয় লুপা ক্রোর ৫/৬ লাকহনবা ঙমগদৌরিবনি। অতুগা সুগন্ধ ব্রাফম-অমনা............

সুগন্ধ —ভাকপিয়ু সার।

সকুনি —মাগী বিদুর হায়বা মচোংমপাক নায়দবা মীওম্বাল অসিনা ডি-সো-কোন্ড সতী কুন্তীবু চংজক্ষম পিদুনা হুংডাইনা থমগদৌরি। মসিমক ঐখোয়গী অপামবগী মায়োক্তনি।

দুর্যোধন —বিদুরবু অরাকমদা তাহন্নবা হোৎনসিরা সার?

সকুনি —হুং, মদু ৱারোই। মামশ্রী ভীষ্মনা ওবজেকসন তৌরক্কনি। অদুম ওইনমক কুন্তীবু সনাকোন্নুংদগী তানথোক্লবা খৌশিল কয়া ঐখোয়না চথবা তায়। মীরমদা চংখ্রবা পান্ডবকা তত্তনা ঈ-পাও লৌনদুনা লৈবাক্কী এডমিনিষ্ট্রেসনদা চেঙ চঙহনগদৌরে হায়না গুপ্তচর কান্নুদা রিপোর্ট কয়া পিখংহন্দুনা কুনতীবু ভাক্তোক্লবা শিনবা তায়।

দুর্যোধন —লুপ্রাবী মা তাঙ্খোকপিরগা কদাইদা চংথিনি? চুকায় শংদবগী ওনোরেবল সার ভীষ্মদা চংজক্ষম পিয়ু হায়না হেক্তা নিজক নকো সার।

সকুনি —মামশ্রী ভীষ্মদি দুর্যোধন্না মখোঙ থিন্দুনা শাওবদা করিস্ত তেবা ওয়োই। মহোয়গী থোওং, শিচং-শাজং ঐনা মুন্না খঙলবনি। কুন্তী লুপ্রাবীশিংগী লৈক্কম খিধরা বসতীদা খাংপোকশং অমা শাদুনা মরাইনা লৈজরুনি। অদুনা দুঃশাসন নঙনা করিগুমবা কুন্তীবু হায়রিবা মফম-দুদা লৈরম্বা থেংনরবদি উপায় অমা তৌদুনা খাং-পোকশং মৈ থাদোক্লগা মাঙহনবা হোৎনগদবনি।

সুগন্ধ —ইথৌ পাংথোকপদা ঐনা কৈদৌঙদসু নিংহন্নবা তৌজরোই। তৌবতবু রায়েলশঙ অচৌবগী অথিংবা লাক্রবদি ঐগী উকল সারনা থরা ওইবিয়ু।

সকুনি —(নোকই) রায়েলশঙ অচৌবদগী লাকদবা ডিরেকসন কয়াতুগীদমক নঙনা মীপায়রি। খঙঙুনে নহোয়বো, রায়েলবা খুদিং হৌজিক্তী ঐখোয়গী য়াকা য়েংতুনা থদক তৌরিবনিনে। নহোয়দি লায়রদনা দুর্যোধনহোয়বু তমবীরকপা ওজা দ্রোন, কৃপাহোয়ফাওবা ডাইহাক লৈতনা ঐখোয়গী অনিংবা অপাম্নবা কয়া খঙদোক্লবা হোৎনরগা থবক তৌরিৎসিদি। দুর্যোধনগী অয়াবা য়াওদনা অচৌবা চাংয়েং কয়াগী ফল ওজা দ্রোননা হায়দোকপা ঙমবা নস্তে।

সুগন্ধ —হৌজিক্তি চিংনবা পুন্নমক কোকচরে সার। ঐখোয়সু মতম মতমগী ওইবা পাওতাক কয়া লৌজতুনা ইথৌ নিংথিজনা পাংথোকপা ঙমজগে।

সকুনি — মতমসু থেংজিনগে য়ৌনবা তৌরসি। ( মহোয়শিংতু চৎনখ্রে ) নহারোল অনি থোরকই। মীওই অনিনা লমম্নবা চেং বোরা মকোক্তা থোংগত্তুনা গন্ধার তাবা লয়েললোমদা পুতুনা চৎখ্রি। নহা অনিতুনা তৌরিবতু য়েংঙি। অমনা হংহৌই কন্নিনো মহোয়না পুরিবতুবো? খুম্নমই চেং বোরা ডাক্তনি সকুনি সাহেবনা হায়বা মতুং ইন্না তৌজবনি।

নহা ১ —ভাই, শোয়নায়রবা লৈঙাক-লাম্না ঐথোয়বু অসুম্না ওৎপসি মথ্য তাহনখিসিন্না ?

নহা ২ —করম্দি তৌনি ভাই, অওনবা অমা লাক্তিফাওবদি অতুম খাংবদা মতারিদনা। ঐথোয় শিবদি তল্লি, শিনবা হোৎনরুরবসু শিরম্নিদা হায়তুনা শোলহৌরগা তোকই। হিংবসু তল্লক্লে। অনিগী লংদাইদা শামরক ঙামরক ওইনা হিংবা য়ানবা অমা থম্নবা চুম্মি।

নহা ১ —পুন্সি নুংঙাইনা লেম্নবা হিংবগী লম্বী থিরুই। মায়খিরে; উপায় লৈতে। সনাকোন্নুংদা থবক পিনি থাডহন্দুনা সকুনি সাহেবকী য়েৎথংবা পাম্বোমনি হায়জবা চনম্মী ১না লৈজবা মাল চাং লোয়না মৎপিগ্রে। তমুক থৌরুবদসু ঙাপ্রুম মমৈ খুজিন শিকপা ওরে।

নহা ২ —সনাকোন্নুংদা থবক তৌখিবদি ঐসু থঙহৌইদা। য়াওথৈ য়াওরুরে। চাংয়েং হায়দোক্তিলৈদা থবক অহাংবশিংদি লোয়না মেনশিল্লগ্লে। চাংয়েং শিনবা কাংবুনা ফল পিশিল্লুবদা সকুনি সাহেবনা চিংলেন্না হায়রকই হায় হৌজিক তৌরিবা কাংবুশিংসিদগী শিথি নাথিবা য়াওরগা তমুক থম্লবিগে। মিং পরেং য়াওবা চেহ্ থনম্মু।

নহা ১ —চৌ-শিং থন্না লৈজরমবতুসু চৎগ্রবনিন লৌউ-শিংউ-দৌবা থবকসু হৌজিক্তি লৈত্রে। উপায় লৈততনা হন্নানবা হৌরে বৈথেংগী পোৎশাকপা ওল্লুরে।

লমসিদস্থু খঙহৈরবা কয়া লৈরম্মী। ঐনা ইপণ্ড হেক পঙনা থবকতু লৌখৎলুবনি, মায়থিত্থুনা মতোকই। কৈথেল ঙাকপনা ফাত্থুনা শারং মপুংদা ংশিল্লকই। অমম্বা কাদা ঈশিং হৈ হৈত্থুনা ইরু ইয়াং তেকপমথৈ ফুদংপিরকই। অয়ো ইমা লাওথি, শিরদোবোই থাল্ল শিদি শিরক্তে। হৌজিক নোংথি নোংমংবদা ইশাসে লৌখংপা য়াপোৎ নত্তে।

নহা ২ —অরা-মুংঙাই পুন্নমক কাউথোকে খন্দুনা নিশা চাবা অমুক তম্মুরে। য়ু, গঞ্জা, কানি থকপদৈ পেল্লক্কু-ত্থুনা থম্মোয়গী অপেনবা সুম থিরকপদা কায়নখংদা অনৌবা সোডাবাইগাবসি মহাও অমুক ভংলুরে। কাপ্পুনা চাত্থুনা য়েংলম্মী। নহারোল অফবা খরা থেংনত্থুনা লৌখৎপা য়াত্রবা ঈশাসে লায়েংবিত্থুনা মতম থর অচিকপা য়ুমদগা থমবীত্থুনা মমল য়াম্নবা পাণ্ডতাক্পা পিবিরগা অমুক থাদোকপিরকএ।

নহা ১ – অত্থুনি ভাই। শিগে মোবসি ইয়া য়াদবনি। মহৌশা মতম ফরিভৈদা কোইরম্মী ঐগী মশক হেক উবদা ঙাওদোংকা হায়রম্মী মেনকা নোংমা থেংনরুই। মশা নানবা পাখং অমগা চংখিম্নথি। ঐবু উরগা মতিন শিংলম্মী। খরায় মুংঙাইত্থুনা ময়ুম মনাক্তা লুমত্থুনা লৈরগা চীংগে তোক্কই। নহারোল খরা থেংনত্থুনা ফুগাইদুগা থাদোকপিরকই। শিনীংচীক্তা হীংহৌই।

ঐখোয়গী ভাই থরানমীচাক সমুদ্রদা তাবা মতমদা পোক্লমবা তাই ।

নহা ২ —য়াবসি য়ান্না হেনমনখে । করি অমুক হায়রুনি, লুখ্রা-বী ইমাহুনা উপায়দি লৈজদ থরোই নিংখ্রাবী য়োনবা কৈথেল থোকচরুই । নগুগী ফমফম লৈতে হায়হুনা তমথীনা চৈছুনা তান্থোকপিরকই হায় । তাইবং কৈথেলসিদা ইশা মীনায় ওইজগে হায়বদা নিলাম ওকপিনবা কনা লৈত্তে । কমদৌসিং হায়বগে ?

নহা ১ —অনৌবা লম্বী থিথিসি ।

নহা ২ —হৌজিকপু আশা মাঙহ্রিবরো ? ঐদি আশা, থাজবা কয়া মাংখিবা কুইরে ।

নহা ২ —ফুম্বংনহুনা লৈথোকপা য়াদ্রি । ভাইহাক্ত ভাইরে, চাকথাওসিদা কুরুক্ষেত্র লান্নাও হৌনবগী মোইবুং থোংলকদবা । উপায় অমা থিহুনা পুকচাকসু হুম্নবা তৌসি । ওইজ-থিবদা ভাওরবা, মমিং কুপ্পা হৈত্রবা, মমিত্তা থুদোমবা থিনবদগু চংত্রবা মীওইশিংসিদা অনৌবা পান্না অমা তমবীসি ।

নহা ২ —করমবা পান্নানা মহোয়দা তমবীরুদৌরিসিবো ?

নহা ১ —শিবা কিবগী পান্না, শিবা কিবদগী অচুমবদা খোংথাং-জিনহনবদো । কান্নদে ভাই, ঐখোয় ২ সনাকোম্বংগী মীশিংনা ছিয়াং অথোবা, দেউলনি হায়হলসি । অচুগা অরানবা ভৌবদা চুশিন্নখ্রবা মীওইশিংসিগী চরিত্রদা

লান্দাসি । সনাকোম্লুংগী অঙম-অথোগী মকোক চিক-
হনসি । কয়াম কুইনা মীয়ামসে ওক্ত লমৰাঁদা চৎপা
ঙমবগে য়েংসি ।

নহা ২ —মায়পাক্কদরা পাকওইদরা খঙবদি ঙমদ্রি । অতুৱ নঙনা
হাম্বরিবসি ঐ ভাব তারে । য়ানিংবগুমস্তু তৌরে ।
হোয়, হিয়াং অথোবা, দেউল ওল্লগা ঐথোয়স্তু মীয়াম্না
শোয়দনা কিনগনি । ওন্দুনা অমুক য়েংসি ।

...............

(দুঃশাসন, ইঞ্জিনিয়ার, সুগন্ধ অমদি ঙাকশেনবা ২
থোরকই হস্তিনাপুর তুরেল য়েংবা)

শাসন—ইঞ্জিনিয়ার, তুরেল কোর্ব্বান অসিস্থ নিংথিজনা শেমজিন্দবা য়াদ্রে ( তুরেলদা য়েংবগী মওং উৎলি ) কুমগী নোং লাক্তি্রি ঙৈসিদা। নত্রগদি ঙাইহাক লৈতনা ইশিং ঈচাও থোকপাসি মুংঙাইত্রে । সনাকোন্নুংদা ইশিং হাজল্লক্ত্রগবুদি থরা খাংখিবা য়াবা, মতু নত্রবনিনা ইশিং ঈচাও থোকহন্দনবা শিনসি। মসিদা চংগদবা অপুনবা শেনকমতু কয়ানো হোত্তোক্রব্রা ?

[illegible] —সার, হোত্তোকচরে, লুপা লাখ ৫৫'৭ লোম চংলবা য়াই হায়না পানরি।

শাসন —অতুগা গন্ধার য়োনবা শেম্নোবা লক্ষ্মী নেসনেল হায়রে অসিস্থ হেম্না পাকথোক চাওথোকহন্দবা য়াদ্রে। চীং থর কল্লগা হেম্না শমজিন্নবস্থ হোংনসি পোৎ পুথোক পুশিন তৌবদা খুদোং চাদ্রে। মতুগী অপুনবা শেলফম্না লুপা কয়ারোম ওইরবা য়াই ?

[illegible] —মতু চাওরাক্না লুপা কোটি ১৭.৬ রোম ওইরবা য়াই। লুরিবদি সার, পুকৈ পান্নবগী রিপোর্ট মতুংইন্না

সনাপুকৈদা শেল মরাং কায়ত্রে, মীরৈবাক্তগী খন্না পুগে ঙাংনরম্বহুসু অরেপ্পা পিরকনি হাম্নবগী অচেৎপা অমা ফোংদোরক্তি, হায় ।

দুশা —হায়, হৌজিকপু শেল মরাং কায়না লৈত্রে হায়বা ?

ইঞ্জি —খন্দুনা য়েংবিয়ুনে সার, ইঞ্জিনিয়ারীং লোয়শংসিদা ফাওবা অহেনবা শিনমী ২০০০ হেল্লা লৈরে। মহোয়গী অশুমন পিবদা খরচ য়াম্না চৎলে।

দুশা —ঐনা হাপথো হায়বহু নত্তবা কয়া য়াম্না হাপচিল্লুরবা ?

ইঞ্জি —সারনা তাকপিরকপহুগী মথক্তা সার দুর্যোধন, সকুনি সাহেবনচিংবা সনাকেথুংগী মশক নায়বা কয়াদগী চে কয়া লাকপনিনা হাপ্তবা য়াদহুনা এস, ও অমা লৈগ-দৌবদা ৬ থমজিল্লে। অহুনা এস, ও অমমমনা নোংমখক কারগা অতে মুমিত্তদি ময়ুমদা ফমজবা য়ারে।

দুশা —তলবসু ফংহনবা থবকসু ব্রানা শুহন্দবা য়াম্না ফজবা থৌশিলনিনা।

সুগন্ধ —শিক্ষা বিভাগতসু মাম্নবা থৌওংহু চথরি হায়না তাম্ন সার, অঙাং ২০০ লৈবা স্কুলদা ওজা ২৫ লৈরি।

দুশা —য়াম্না ফবা ব্রানি। অঙাংশিং লম্নাই য়ুমদা ওজা থমহুনা তাকহনবগী মথৌ তাররোই। অঙাং ১১দা ওজাশিংনা পুক্নিং চংশিনবা ঙম্নগনি। ওজাশিংসু মতম অহাংবা মতিক চানা ফংলবনিনা মরম্নাই ঙারি দুকান খর ফম্বা য়াও, ঠীকা তৌনবা খরা য়াও, মোজা

লে নবনচিংবা তৌহ্না মশাগীতা নত্তনা জাতিগী শোখরিবা শেল-থুমগী ফিবম ফগৎহনবদা থরতা ওঃরবস্থ মতেং ওইরগনি । য়াম্না মুংঙাই রাকমসি তাবদা ।

ই. শ্রু —সারনা পামবীরিবা অচৌবা প্রোজেক্টশিংসি পায়খৎপদা চংশদবা শেঙ্গাকমসি ফংননবা করি করিবু হোৎনবা তারিবগে ?

ছুশা —হন্দক ঐখোয়না রাজ দরবারদা, মীয়াম তিনফম কৈথেল পব্লিক হোলনচিংবগী মমাংদা জুরার মখল অমা শান্ন-ঙন্নবগী বিল অমা পাস তৌনবা খন্নরগনি। য়াম্না লায়থ্রবা জুরারনি। লুপা ৫তা থারবস্থ লুপা ৪০ ফংবা য়াবা জুরারনি। লায়রবা ইমুং ফাওবনা হায়রিবা জুরারসিদা শরুক য়াজবা ঙম্মগনি । মরাইবক লৈরগা প্রজাশিং মুংঙাইজগনি ।

সুগন্ধ —মতু করন্না ওইগদৌরিবনো সার ?

ছুশা —খন্দুনা য়েংঙুনে নহোয়স্থ, লুপা ৫ হায়রিবা লায়রবতুনা জুরারতুদা থাবদগী মরাইবক লৈতুনা মথং মথং ফাও-রক্কুনা লাখ তানবা ফাওবা ঙমগনি। লাখ পায়রম্বতুস্থ জুরারতুদা পংথাদা থাদোক্লুরবদি সিকি পায়রকওই-দৌরিবনি । করিবু ফত্তবরো ? অতুগনে নহারোল খৎন চৈনবদি থোকহনবা য়াদে । শান্তি রক্ষাগী ফিবমদা অহোংবা লৈহনবা য়াদে ।

সুগন্ধ —ঐ লৈজরি সার। য়াওন্দ ডি ক্লোক য়েংশিনজগনি।

ইন্দ্রি —মতুদগী সনাকোন্নুংদা লুপা কয়ারোম আয় ওইনা কারকপা য়াগদগে সার ?

দুশ্যা —লুপা ক্রোর ৫০ গী মথক্তা কাবকপা ওমগনি হায়না খাজনরি। থম্মুনা য়েংউ, দুশাযন ঐনা পাম্বথংকে থল্লিবা প্রোজেক্ট কয়াসে শেলফমতু লাক্লবদি মায়পাক্লা পাম্ব-থংপা ওমগদৌরিবনি।

ইন্দ্রি —অচুমবনি সার পূম্নমক মায়পাল্লগনি, হায়না হায়না সতী কুন্তিসু লাকএ।

দুশ্যা —মাগা য়ারী শাম্মতুনা য়েংসি। ( কুন্তি য়োরক্লে ) লৈবাক ইরাং হৌহনবা অকবা মচা ৫ পোকপী সতী ওসি মুম্মিৎ চুপ্পা কনাগীদা কৌশু লংলুবগে ? করি অরাং অপা লৈরবা হায়বতু হায়রম্মুদনা ?

কুন্তি —(নিংওমদবা খোঙ্গেলদা) মতৈমগী ফিজি ফিনা নেৎপা ওম্বা, নারীব্রতবু শোঙ্গোইনবা মুওগী থম্মোয় পানবা নডোম্দা, লুখ্রাবী তোল্লবদগীসু, তোল্লবী ঐগী অরাবা য়ারী তাহল্লতুনা করি কান্নগনি ? মুওদা ঈশিং চাইবা তারোইদ্রা ?

দুশা —(নোক্তুনা) শাহিং চাবগা পাওথক ওইরবা ঐখোয়দি নওগী অরাবগী য়ারীতু তানিংউনে। নওগুম্বী কয়াগী মিৎকী পিরাংতু উরগা থম্মোয়দা মুংভাহবগী ঈনোং কারকইনহে। মাম্মুংগী অত্যাচারদা থাওবা ওমদ্রহনা ম মে খোংতুনা থাওদবী নওনা হৌজিক ফাওবা নরিন

চুমগে খল্লি। মীনি হায়বা শারদনা মশাগী মরানদি খঙপোৎ নত্তেদো। মচা ৫ না করি তৌখিবগে খঙশিন্নদনা কনাগী মফমদা অরান অহুই চৎখিদ্রবা কৌরবকী মিংচৎতা অমুবা কালি তৈশিন্নবকাস্থ হোৎনজবা শান্নি।

সুগন্ধ।

সুগন্ধ —হায়বিয়ু সার

তুশা —মসিগী মুপী অসিনা মচা মঙাগা করিগুম্বা চিঠী, তেলিগ্রামনচিংবা থানহুনা মরি লৈনরম্বগী পাও অমত্তং ফংবদা এঙোন্দা খঙহল্লকউ। মরি লৈনবা লোয়শংশিংদস্থ মরি লৈনবা পাও পুম্বা খঙহল্ল।

সুগন্ধ —ফনি, মতুমক তৌজগে।

কুন্তি —হে অতোনবগী মরুপ, তোল্ল তারবী কয়াবু নৈহৎলগা অপেনবা ওইরিবা অকনবশিংবু লাকশিন্নবা চোংথোকপিরক্লো অমম্বা যুগসিদা অবতার তৌহুনা? করিগী লাঙজ্রবী কয়াগী মুংহিক্লবা খোঙ্লেলবু তাবিদবগে? লোয়শিনহনবিখ্রো অমম্বা যুগসে।

.............

INTERVAL

## ২/১

মফম —হায়গী অঙম্বগী কাহুমক ( ভীষ্ম অমদি কৌরব ৱা ভান্নরি )

ভীষ্ম —হস্তিনাপুরগী ওইর ক্লবা ফিবমসি পেন্নিংঙাই ওইদ্রে। হন্দক তৌগদৌরিবা দরবারসিদা ঐনা করি করম্বা অনৌবা চাওথং-থৌরাংগী মরমদা ৱা ঙাংগদৌরি ? মীরৈবাক্লা হস্তিনাপূরদা শরম্ব; থাজবা পুন্নমক লোয়না মাঙখ্রে। মীয়ামগী লমচং-শাজং মাঙলে, নুপীগী সতীত্ব কনবা ঙমদ্রে।

সকুনি —মামত্রী, শেল-থুমগী ফিবম শোকচিল্লিবসি হান্না ফগং-হন্নবা হোংনরগা ময়ামগী লমচং-শাজং পুন্নমক লোয়না শেমদোকপা য়াগনি হায়না ঐদি খঞ্জে।

ভীষ্ম —অফবা ৱাখল লৌশিং পুথোক্লে। হৌজিক চিরবা মতমসিদা' স্নম তৌরগা লৈবাকী ফনি হায়বতুদা ঐ য়ারগে।

দুর্যোধন—প্রকৃতিনা মনিং তৌরকপদগীনি পুম্নমক্লা অৱাবা নঙন-ৱিবসি। ইকঙ থোক্লিংঙে থোকই, ইচাও থোক্লিংঙে থোকই। মহুনা মহৈ মরোং অমত্তা থোকহনবা ঙমদে। পিতামহ, থন্দুনা য়েংবিয়ু, সনা পৃকৈদা হৌখিবা চহি

কয়াদা পিক পিক থম্না হাপ্লম্বা ফৌ কুমশি চহিদা তরা থোকপগী অমা য়ৌনা হাপ্পা ঙমদ্রে।

সকুনি —মাস থংনবগী উপাই হায়ববু অমাইবা, অমাইবী কৌহ্না লৈবাক্কী ওইবা লাই হুকৌথৎপা, লাইদা হে লৈ তম্বা, হব্রাওবা, চাকলোন কৎপনা চংবা তৌরগা প্রকৃতিনা মনিং তম্লিবসি ফবা য়াই মামশ্রী।

ভীস্ম —মতু দ হাস্তিনাপুরদা লৈরিবা অহেবা অমাইবা, অমাইবী, পেনাখোংবনা চিংবা কোথক্তুনা থবকতু পাংথোক্লবা হোৎনবা মতম ওইরে।

সকুনি —মামশ্রী. হস্তিনাপুরদা লৈরিবা অমাইবা অমাইবীশিংনা অরুবা থবক থৌরমশিং পাংথোকপা হৈরোই। মহোয় এক্সপরিএন্স য়াম্না ৱাৎলি। পেনাখোংবা ফাওবা লাইরোল ত্রিরোল ফজনা খঙহৈবা অমত্তা থেংনদে। অতুনা য়ারগদি গন্ধার লৈবাক্তে কোথোক্লগা ফগদ্রা খৈগে।

ভীষ্ম —হৌজিক অংক য়াম্না লৈবাক্তা শেল-থুমগী ফিবম ফত্ত্রিদৈ মতমসিদা মীরৈবাক্কী মীওইশিংদু কোথোক্লুবা হায়বসি অমুক হেন্না নংথনবগী মচাক ওইগনি।

সকুনি —মামশ্রী, মতুগীদি ৱাবিরুগনু। ঐনা লোয়না ফনবা শিল্লগে। শেল য়াম্না চংগদবা অমত্তা নত্তে। মীওই তরামুক জহাজদা কোক হেক্ক লাকউ হায়থগা লোয়রে। দক্ষিনাকাম্ন পংয়াম য়াম ত্তৈরম্ন য়ানি। য়ুব্রা তৌশিরদা

মহোয়না পেনবিবনা হেনগদবা জাৎনি।

ভীষ্ম —ফরে, নহোয়না ফনবা শিনথ্রো। অতুগা ুন্দক ইপাও কাংবু খরনা, মরম চাদনা লমদমসিদা থোকপা ফৌ খরা পুক্কৈদগী হোন্দে ক্লগা মীরমদা থাদোকখি হায়না কম্না পাও ফোংলকই। মসিগী মরমদা কপ্পা থিগৎপা তায়। অতুগা মসিনা মরম ওইহনা লৈবাক-ঈরাং হৌহনবসু পামদে। মীয়ামগী মনিং থুংহনবা চৎম্রিংও অরাবা কয়া মায়োক্নরিবঙ মতমসিদা তমুন্না ফৌ চেঙ মাঙবগী সমস্যা থোক্লকপা হায়বসে য়াম্না লাইবক থিনিং-ঙাইগী মশক্নি। গুপ্তচর বিভাগ মথৌ নিংথিনা তৌত্রে ভাকপনি। থিজিন-খোৎচিনবা কাংবু অমা থুনা শেম্লগা অচুম্বা লংলা লংজিন থিদোকপা কৈ।

সকুনি —মনিং থুংদবদগী মীয়ামনা পংঙাংদা ঙাংনবনি। অসুক কম্না চেক পোট্‌ কয়া থমহনা হোৎনরিবসিদা মপান্দা চিঙ্গাক থাদোকখ্রে পংহায়দা হায়রে। হান্না চেক পোট্‌ ৫/৬ থনম্বহ হৌজিক ১৪/১৫ থমহনা অহিং ভুংথিল চুপ্পা য়েংশিনহল্লি। মসিদবু করম হায়না পুক্কৈদগী ফৌ কোথোক্লগা মীরমদা তাহ্থোকপা ঙমগদৌরিবনো? রা ঙাংবগী খাজনা লৌদে হায়বৈ মতিক পংঙাংদা ঙাংনরে মীয়ামসে। ত্রৈথোয়গী মায়কৈদগী মসিগী মঙাংদা উপ, অথোংবীদা কয়ারক হন্না শেংদোকপ্রবনি।

দুর্যোধন—অহুবু মীয়ামগী পুক্নিং শেংদোক্নবা থিজিন কাংবু অমদি

শেম্নবা তৌবা য়াই ।

সকুনি —মতুস্ু য়াম্না করা রানি। লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক ঐনা অচুম্বা ভৌগদবা মীশক তরাথক খনগত্তুনা থম্নজরবনি হায়রিবা মীশকশিং অতুনা থিগৎইনসি হায়জরি মামগ্রীদা ।

ভীস্ম —মীশকশিং অচু কনা কনানো ?

সকুনি —মীশকশিং অতুদি সনাকোম্নুংদা মশক নাইবা ফম পায়রিবা মীওই ঙাক্তনি । থিজিন কাংবু অতুগী লুচিংবনা ঐনা অতুম ওইরবস্ু কায়দে মামগ্রী ।

ভীস্ম —অচুমবা লংলা লংজিন ফংবা ঙম্লোই । দরবারগী বিরোধী মেম্বরশিংনা ওইহনবদি য়াই ।

সকুনি —মপুন্সিগী ফম পায়রক্তিবা মহোয়না, সমালোচনা তৌবতনা মথৌ ওইবা মতনা থিজিন খোৎচিন্নবগী থবক তৌবা কৈদৌঙৈদস্ু হৈরোই ।

দুর্যোধন—পান্দবকী মী ঙাক্তনি মহোয়দি । মহোয়দা শিন্নরগা কারমত্তস্ু কাম্নরোই । মতম মাঙহনতা তোকনি ।

ভীস্ম —ফরে অমবু ওইরে অমবু ওইরে, থিজিন কাংবু অতুগী থবক থনা হৌহন্নবা শেম শাযো । সুগন্ধ............

সুগন্ধ —ওম্নোরেবল সার ।

ভীস্ম —নঙগী মথক্তা পেন্দবগী রাকং কয়া লাক্লি। মতু নহাকস্ু খঙলম্বা য়ারে হায়না খল্লি । শান্তি রক্ষা ঙাক্লিবা মীওইনা মনিং তৌহনা শক্তি মখুত্তা পায়শিনবা হায়বসে

লৈঙাকলোনগী ঙমখৈগী ৱাংমদনি। মসি নঙস্থু ভাব তারম্বদি য়াই হায়না খল্লি।

সকুনি —মামশ্রী স্থুম তৌবনি ........

ভীষ্ম — মরক অমুক্তা থৎলকখিন্নু। ঐদি, সমাজসিদা তোল্লবা, মীচঙ লৈজদ্রবা কয়াসিগী পাঙ্গল নঙনা শক্তিক চানা পিবা ঙমগনি হায়না আশা চাওনা তৌরকবনি। অদুবু হন্দক থোকখ্রিবা থৌদোক অসিদি পেন্নিংঙাই ওইদে। মহুনা লায়রবশিংদা হেন্না খোয়রাং খোয়শাওনবা অমা পোকহন্নবগী অচৌবা মরম অমা ওইহল্লি। করিগীদমক্তা লুখ্রাবীশিংগী ময়ুম শিদোক্রুবনো? মহুগী দায়ত্ব পুম্বা নঙনা লৌফম থোক্তব্রা? নঙনা লৈবাক মচা তাবা মীওই অমা ওইরম্লবদি ফম ফাওবা থাদোক্লম্বা য়াবনি।

স্থুগন্ধ —ওনোরেবল সার, থোকখ্রিবা থৌদোক অহুগীদমক ঐস্থু থম্মোয় শেংনা মুংঙাইতবা ফোংদোকচরি। তশেংনমক ঐদি মহুম্না থোক্কনি থাজরুদে। অহুমওইনমক সার দুর্যোধন, সকুনি অনিগী অকনবা ডিরেক্সননা সতী কুন্তীবু বস্তীহুদগী তাম্থোক্লবা হোৎনবা তাখিবনি।

দুর্যোধন - পিতামহ, য়েক্লবা পান্দবকী মমা ওইরিবী সতী কুন্তী- না এস্তি সোসিয়েল ওইবা থবক তৌরকপদা ঐখোয়না হৌদোংনা ঙা চাবা য়েংবদৌনা য়েংবা পামদে। সতী কুন্তীগী থবক থৌরম্না মীয়ামগী পুন্সিদা অপনবা কয়া থোকহনখ্রে, মহুগী অৱাবা ঐখোয়স্থু শক্লক য়ারি।

ভীষ্ম —ঐখোয়গী লৈঙাক শান্দা লমন খুম্বা হায়না অথুবা মিংহেংসি থাদোকসি। মতুনা মীয়ামবু হেক্তা পুকচেল পিকথহন্নবগী মচাক অমা ওক্কগনি।

দুর্যোধন—লমন খুম্নবগী রাকম মতাংসিদা করিস্থু লৈতে হায়না থল্লি পিতামহ। মহোয়দা ঐখোয়গী লম্নাই ঙুংঙাক্তবা অমত্তা লৈতে। অদুবু লৈঙাকলোনগী লমদা অকায় অত্তোয় কয়া পিরক্লবদি মাহুয়োক্লবা তাবান। গুপ্তচর বিভাগকী রিপোর্ট কয়া পিতামহস্থু নৈনশিন্নখ্রে্নি।

ভীষ্ম —(য়েংথে ক্লবদা কুন্তি উরকই) কুন্তি চংলকউ লাও, নংবু উনানংহুনা লৈরম্লাবনি। (চংলক্লে) ফম্মু ফম্মু।

কুন্তি —(ফম্লগা) পাবুংগা মিকুপ অমত্তা ওইরবস্থু উনবগী তাঙ্গা পিবিবসি থোইদোক্লা ঙুংঙাইজে।

ভীষ্ম —হায়য়ু ইবেম্মা, নহাক্কী অরা-অনা করি লৈরবগে?

কুন্তী —নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেংলি হায়নে। পাবুংস্থু থোকখ্রিবা থৌদোক্কুগী পাও তাবিরম্লগনি খল্লে। অদুবু পাবুংদি লৈঙাকলোনগী মরুমদা লোংচারবা মীওই ওইবনা...

ভীষ্ম —নহাক্কী সুরক্ষাগীদমক ঐ ফম থাদোক্লগে ফাওবা খনখিবনি। ঐ খঙলি, নঙগী থম্মোইদা পেন্দবগী চাওরবা উনগী চীংহুম অমা লৈরে।

কুন্তী —করিস্থু লৈত্রবী ঐগীদমক্তা পাবুংনা রাজসিংহাসন থাদোকপিগদবা নত্তে। তৌবতবু অচুম অরানগী রাক্কমসি খজিক্কুংদি থিগৎপিবনা ফবনি।

দুর্যোধন—পিতামহ মতমসিদা কনাগীসু মীচং চঙদে। অচুম্বা ৱায়েল চথরি।

ভীস্ম —ঐনা কুপ্না অচুম্বা খঙদোক্লবগীদমক থিজিন কাংবু অমা শেম্লে। মহোয়গী ৱিপোর্ট ডায়রি। অতুগা অচুম্বা থবক কয়া পায়থৎকনি। অতুগীসু মথক্তা হিংসাগী থৌদোক্তা শোকপল্লবা, শিবা নাবা য়াওগ্রবশিংতুগী ইমুং মনুংদা ঐগী অথল্লবা শেঙ্গাওদগী লুপা লিশিং ৫০দগী লাখ ১ ফাওবা পিরগনি। থুদোংচাবা য়েংতুনা মচা মত্রশিংদা সনাকোম্নুংগী থবক ফাওবা কংহল্লগনি।

কুন্তী —পাবুং, হুংশিরবা মচিন-মনাও, মপা মমা শেৎনবগী কায়ন-মৈশা লাংলবা কয়াতুগী থম্মোয়দা লুপা লাখ ১ হৈজিল্লগা পেন্দবগী মৈরি মুংৎপা উল্লগদরা? হিংলিবা পুন্সিগা শেলগা ওন্নসি য়ারক্কদৌবা মীওই কয়া য়াম্না লৈরিবগে, মঁকোক থীবশীং থাতুনা অমুক্তা মশিং খঙদোকপীয়ু পাবুং।

সুগন্ধ —শিবা-নাবা হায়বসে মীওইবনা কন্ত্রোল তৌবা উম্বা নত্তে। মীয়ামগী মরক্তা হিংসা থোরকপদা অশোক-অপন, অশি-অনা য়াওবসি মীয়ামগী সুরক্ষাগীদমক লৈ-রিবা ঐথোয়না কনা য়াম্না লাকশিন্নবা হোৎনরবসু মায়পাকপা পাক হেক ঙমদে। মতু খঙহৌদনা থোকখিবা ডাক্তনি। ঐথোয়দা পংতাই তাইনরবসু কায়বা থোয়না ফংলোই।

কুন্তি —মীয়াম্না অশন্নবা ফিবম কয়াগী মথাদা হিংসাগী খোংজং চঙশিল্লকপা ঙাক্তনি। মুংশিং শিত্তনা উনা লেংলকপা নত্তে। মীয়ামগী অধিকার শোকপা থবক থৌরম কয়া নিংঙাইবা লৈতনা চথরকপদা অশিবগী থোইদোক্না মুংনাংলুবা লৈরক্তবা কয়ানা মখোয়গী অধিকার কন্নবা হিংসাগী থবক থৌরম কয়া চথরকপা হৌনশানি। পাবুং, ঙসি নহাক্কী মাঙদা পেন্দবগী খোল্লাও কয়া লাওগে খঞ্জরিবী কুন্তি, পেন্দবগী মৈরিনা চাকথেক্লবী অধিকার পুন্বা মুনবিগ্রবী অমনি। অতুনা থুনমক মীয়াম খঙনা শিদগী লন্থীদা চংশিল্লগনি।

ভীস্ম —তপথখো দ্রুপীমচা, নঙগী মাঙথ্রবা অধিকার শোয়দনা এৈনা ফংনবা শিনগনি। চুম্মী, শাওফম থোকই, ওইরক্লিবা ফিবম অসিদা নঙগী অপেনবা অমত্তা লৈরম্লোই। অতুবু শাসনগী চুপ্লি পায়রিবা এৈনা নঙগী অরাবর উরকপা হায়বসিসু কান্নবা অমা শোয়দনা ফংলগনি হায়বগী আশা তৌবা য়ারবনি।

কুন্তী —ঙসি পাবুংগী মাংদা অতোনবশিংগী সুরক্ষাগীদমক মহাক হিংলি হায়না খৌনাওদগী থোরকপা অশেম্বা রাহৈ থরনা পাবুংগী থম্মোয়দুবু জয় তৌগে থন্দুনা লৈরিবা সুগন্ধগী অত্যাচার মথাদা মীয়াম্না ইংনা শান্তিদা লৈরমথিনি হায়নদি থনবিরুগদু।

সুগন্ধ —(শাওনা) মহাসতী কুন্তী, এৈঙোন্দা তাহ্নম্না ইরাল

শিজিল্লগা নশাগী কান্নবা লৌগনু। নঙনা মরম ওইহনা লুপ্পাবী, অশোন-অনা কয়াবু অরা মৈশা লাং-হনখিবনি। নঙনা মফমতুদা লৈরমদ্রবদি করিগী হিংসা থোক্কদৌরিবনো?

কুন্তি —সনাকোন্নুংদগী তান্নোকপিরক্লবী ঐনা মফমতুদা লৈতনা কনাগী মফমদা চংজফম লৌরুনি?

শকুনি —নচাশিংগা তত্তনা ঈ-পাও লৌনত্তনা লৈবাকসিদা ইরাং থোকহন্নবা, অমদি মহেয়না শক্তি পায়হন্নবা থৌওং কয়া চথরে খঙলকপদগী হস্তিনাপুর কন্নবা লৌথংলকপা থবক থৌরাং ভাক্কনি।

ভীষ্ম —ইবেম্মা, হৌখিবনা হৌগ্রে। নহাক থাঙবা থজিক্কং কল্লু। নচাশিংগা ঈ-পাও চৎনগনু। চহি ১৩ হায়বদু কুইশিল্লক্কে করিনো।

কুন্তী —রায়েল বিচারদা নাকল অমথক্কগী মরা লৌরগা হেক্তা বিচার শুপ্নমদা লোয়শিনবিগনু পাবুং। ঐনা করম্বা মতমদা ইচাশিংগা লৈবাক্কী মাংনবা হিরমদা ঈ-পাও লৌনত্তুনা দেশ অসিগী লৈথা তাবা য়াবা থবক তৌগ্রবগে? ঐগী ইথক্তা শিরিবা ইরাল কয়াসিগী পেন্দবা ফোংদোকপা ওইনা হয়েংদগী সনাকোন্নুংগী মমাংমক্তা শিদ্রিফাওবা চরা হেনবগী খোংজং অমা চংশিল্লগনি।

ভীষ্ম — মাঙলে মাঙলে নুপীমচা, নকুগী মাই ঙাকউ। ঙসিদগী কুন্তী সনা কোন্নুংদা অমুক লৈনবগী অয়াবা পিরগনি।

দুর্যোধন—( শাওনা ) পিতামহ

শকুনি —মামশ্রী।

...............

মফম —ট্রাফিক আহ্নলেন্দ মনাক। মতম মুমিদাং
(হিয়াং অথোৗবা, দেউলনা ইঞ্জিনিয়ার পুতুনা থোরকই।
(মখোয় অনি Skeleton Dress শেংলি)

ইঞ্জি —ঐগী থরায়তদি কনবিয়ু। ঐ নহোয়না তৌ হায়বমথৈ
তৌজরগেবা। ঐ লাল্লে। ঐ শেলকা অমত্তা পামজদ্রে।
নহোয়না কয়ানো পিয়ু হায়বদো পিজরগে।

হিয়াং —শেল পামদে ঐখোয়। ঐখোয়না পাম্বদি ঐখোয়গী
অপাম্বগী মরুম থুপ্না নঙনা হিংবা অতুথক্কনি।

ইঞ্জি —অতু হায়বিরো ঐবু করি তৌ হায়বগে? ঐ ফম
থাদোকও হায়ত্রা, করি তৌ হায়বগে?

দেউল —ফম থাদোক্লগা নরাল কোকদবা লস্তে। ইঞ্জিনিয়ার
অমনা তৌগদবা কয়া অমত্তা চিথদনা নঙনা তৌবা
তায়। ইঞ্জিনিয়ার অমগী তৌফম থোকপা করিনো
নঙ ভাব তারিবা নত্রা?

ইঞ্জি —অতুবুদি থঙঙিনে।

হিয়াং —অতু ওইরবদি হায়য়ু চাওরবা লৈবাক্কী ওহনা কায়গদবা
প্রোজেক্ট কয়া ফেল ওইহল্লিবসি নঙগী অশোনবা
নত্রা? অচৌবা শেলফম কয়া ফৈরেংননা শিজিন্ন-

খিবদা নঙস্থ শরুক য়ারিবা নত্রা ?

ইঙ্গি —আ .....হোয়নে য়াই হায়না লৌরম্থ কায়দ্রেনে। অহু মতুং মনাও তৌজরয়োই হায়বা।

দেউল —মহুনা য়ারোই, নঙনা নশাগী পুক্কৈদা থমগ্রিবা শেল-ফম কয়া অমুক নৌনা পুথোরক্ত্রনা লৈবাক্কী চাওথং থৌরাংদা থাদগদবনি।

—ইস, করি রানো হায়রিহুবু ? মী নহায়া লোয়থোক-খ্রহুবো ? ধর্ম অমা থোক্কেদ্রা নহোয়স্থ।

হিয়াং —তুমিন লৈয়ু। কাগী নত্তে ভাংনরিবসি। ঐখোয় কনানি হায়না থল্লি। ঐখোয়না হায়বা খুদিং ইনগদবনি।

ইঙ্গি —ইনবুদি ইনগে হায়বু নহোয়না হায়রিহুদি ইকোকথক্কা ব্রজ ভাবা রাফম্নি। মতম খরদংদি পিয়ু কৈদৌরগে ?

দেউল —পিগনি থা ২ গী মতম পিগনি। মতুগী মমুংদা নঙনা নশাগী ওইনা শিজিন্নখ্রবা সনাপুক্কৈদগী লৌথোকখ্রবা শেলফমশিং শিংজিনগদবনি।

হিয়াং —নঙনা তৌগদবা থবক থৌরম কয়া মথং মথং হায়বগে তাও।

ইঙ্গি —হায়বীয়ু, নহোয়না হায়রি খুদিং ঐ য়ারগে।

হিয়াং —অহানবদা অচান মিরাই নাইহুনা মরি মতাগী মীদা ঠীকা পিবগী চৎনবী খুদক্কগী লেপ্পা তাই।

ইঙ্গি —হৌজিক চৎনরিবা সিস্তেমসিনা মোৎমনখিবনা ঐস্থ উপায় ইরৈ লৈখিদবনি শাগুস্থ। কিবম্না য়ারক্ত্রবদি

সাংস্থ ডাকু ওঙ্কিংলকই। মীয়াম্না হুরানবগী হৈনবীদা নমত্তুনা হৈনহল্লগা হুরানগনু হায়না ঐখোয়দা ফু-চৈবীগনু। হৌদোংগী মনাক্তম শঙ্গোম থিনজিনবীবগা থক্তোক্ত নুহায়ত্তুনা হৌদাংতুদা থমকা তৌবিগনু। সংসারগী মায়া থাদোক্কে থল্লবা যোগীস্নু, মনাক্তা থম্মোয়দা মুংশি ঈথিল ঈহৌরকহনবা ভম্বী ভগোয়-শাবীনা শাথেক কয়াগা লোয়ননা জগোই শাজিল্লকপদা ভাইহাক্কি মায়াগী ঈপাক্তুদা ইম্মাক্তুনা লৈগনিদা।

দেউল — নঙনা হায়রব্রনু ঐখোয়না কনভেনসনেল সিস্তেম আস শেমদোক্নবা অঙম্বা শক্তি শিজিন্নগনি। অত্তব্ অহানবদা নঙোন্দগী হান্না চুমথোকপা তায়। নঙনা শোগ-দবসি শেল চংনা পাযংথলিবা প্রোজেক্ট খুদিং নিং-থিজনা অহিং সুংথিল থাক্তনা য়েংশিনবা শায়। খুং-নায়বশিংবু মশাগী হৈশিংবা উৎথোকহনগদবনি। হুরানবগী নিতিদা কন্নোইহনগনু।

ঈশ্বর --ফগনি, মত্তুস্তুরে ঐ তৌজরগে। লোয়শংদতা মতম লেনবগী হৈনবী থাদোকচবগে।

হিযাং .. লোয়শংদা অমদি নয়ুমদা নথা তাবা মী ওইশিংগা মতম খুদিং শানৈ য়ুম্নত্তুনা মতম লেনবগী হৈনবী খুদক্তগী থাদোক্লদবনি।

ঈশ্বর .. মত্তুমদি ভরাং নহাক্কগীবু থাদোকচগে।

দেউল .. ইরমদম অসিগী মীওইশিংদা থবক ফংহনবগী

থুদোং চাবা পিগদবনি। হয়েংদগী হৌনা গন্ধারগী মীওইশিং নওগী লোয়শংদা অচৌবা ফম পায়হন্দুনা লৈরিবদো থবক্তগী থদংকদবনি।

ইন্থি —মন্থুনদি ঐগী শক্তিগী বাংমর্দনি। সকুনি সাহেবকা তায়ন্ত্রবদি ভমজরোই।

হিয়াং —মন্থু য়ারোই। সকুনি সাহেবনা হায়রি খুদিং নওনা ইনগদবা নত্তে।

ইন্থি —সকুনি সাহেবকী অকনবা হুকুম অমগী মথাদা মহোয়-রোমগী মীওই থবক ফংহনবনি। ঐনা মহোয়বু থবক লৌথোকপা হাপচিনবা ওন্বা পোং নত্তে। ঐগী শক্তিগী মনুংদা লৈবা নত্তে।

মেউল —মন্থু য়ারো ই। নওনা নবুংঙো অতুদা হৌজিক ওইরিবা লৈবাকী তং তান্দ্রিবা ফিভম অসি মুন্না খওহনগদবনি। নও নজাতি অসিবু মুংশিত্রা, নরৈবাকচাশিং মুংশিত্রা? লায়ররবা নরৈবাকচাশিংনা চাবা শেংপা মনিং থুংদ, চরাম চদংনভুনা নিংবা কায়না লেল্লি। নওনা অহাওবদা চা, শেংনিংবদা শেং লৈনবগীদমক জাতি অসিনা মাওথরক্লবা মতমসিফাওবদা নবুংঙো অতুগী মথোঙ কোন্দুনা লৈরিবা করিগীনো? হায়য়ু, নও শিবা অমদি হিংবা অনিগী মরক্তা করম্বনা হেন্না পামই?

ইন্থি —ঐবু ওাকশিন্নু, ঐ শিবা পামদে। মতম থরদংদি হিংজবিগে কৈদৌবগে?

হিয়াং —ঐখোয়না হায়রিবসি নঙ করিমত্তা ভাব তাদ্রি। থবক থুদিং নঙনা মুন্না থন্থরগা সিনা ফনি থনবত্থু তৌগদবনি। অঙন্থা মখোয়গী হুকুম পংইন্দা ইন্দুনা লৈগদবা নত্তে।

ইঙ্গি —ইন্দ্রবদি ত্রান্সফর, তরমিনেট অসিনি ফংগদবা।

দেউল —অদুদি নবুংঙো অদুগী অচেৎ অকোম পুম্বা লোয়না ঐখোয়দা হায়দোরকউ। ঐখোয় মাবু ব্লারক্লবা তৌগে। হায়য়ু, লমদমসিদা থোকপা চিঙ্গাক কনানা মাঙহল্লি?

ইঙ্গি —বোরা উচি হায়না খঙনবা মীরম মচা সকুনি সাহেবগী অচানবা মনাই অমা লৈরি। হৌজিক মহাক লাকপনু য়াই। মানা পুন্নমকসিগী দায়ত্বনি।

হিয়াং —খঙলে, নঙনা উপায় অমা তৌত্নুনা সকুনিগা ঐখোয়গা উনবা য়াননবা অমুক্তা শিল্লু।

ইঙ্গি —নহোয়গী শক্তম অসি উরগদি মাগা উন্নহল্লক্লোই। সুমতৌবিরো, গন্ধারদগী লাকপা মীওই শাবিরো। অদু ওইরবদি ঐনা য়ানবা শিনজরগে।

দেউল —হংচিৎ ঐখোয় লাকনি, নঙনা শোয়দবা শিনগদবনি।

ইঙ্গি —অদুদি ঐ চৎচবা য়ারগদ্রা?

হিয়াং —য়ারনি, ঐখোয়না হায়বা থুদিং নঙনা পাংথোকদবনি। ঐখোয়বু মীয়ামদা শেরায়না শক তাক্লবদি নঙগী হিংফম সুক্লে লৈরোই। করিমত্তামকা ফোংদনা লৈগদবনি। চৎলো য়ারে। (চৎখি, বোরা উচি অমুক লাকই, কৌ বোরা হোনবশিংদু লাকপ্রা হায়দুনা হেংই।)

বোরা —মহোয়শিংহবু ইহোন হোন্দোকখিত্রবা জাংলা, পঙ-থ্রেদকো ঐখোয় মীশিংসে। (য়েংথোরকপদা হিয়াং অথৌবা, দেউল উরকই)

বোরা —নহোয় কনানো, নত্তে নহোয়সি ঐবু হাংকদৌরিব্রা ?

হিয়াং —কিগনু, ঐখোয় নঙবু পাক হেক হাংকদবা নত্তে ! নরমচং হান্নরা চুমথোকখিনি। ঐনি হিয়াং অথৌবা হায়বদো।

দেউল —নঙগা বা থরা ঙাংনসি হায়তুনা ঙায়রম্লিবনি। ঐনা দেউল হায়বত্তুনি।

বোরা —নহোয় অনিনা ঐবু লাইরৈবাক তান্না পুবিগদৌরিবরা ?

দেউল —মতমসিদা নঙ লাইরৈবাক্তি চংনিংদ্রিংকো। হৌজিক-সিদা নঙনা শেল নত্তবা অত্তে করি অমুক পাগ্নি ?

বোরা —ঐ শেলসু পামজদ্রে। ঐগী অহিংবা হকচাংসি ঐ হৌজিক্তি য়াম্না সুংশিজরকএ।

হিয়াং —অত্তুদি করিগী নহানমথৈ শেন্দান লম্বীদা নত্তবা উপায় কয়া শিজিন্নতুনা শেল ওপার অমা ফংনবা হোৎনরুরি ?

বোরা —ঐ শেল থোয়দোক্না তানজদে। ঐ লায়রবা মীওইনি।

দেউল —তুমিন লৈয়ু। ওইদবা মথা তানা ঙাংগনু। নঙবু রায়রুবা ঐখোয় থোরকইবনি খঙঙ্। অত্তেদা ওইদবা পংঙাংদা ঙাংলুরবসু ঐখোয়দদি ভাং ভৌবা য়ারোই।

বোরা —ঐ মতুং মনাও ওইদবা ঙাংজররোই। ঐবু ঙাকপিরো।

হিয়াং —নঙবু পাক হেক ঐখোয়না ঙাকপিগদবা নত্তে। ফিবম

থরগী মথাদা য়ানবা অমা হান্না পুরক্লদবনি।

বোরা —নহোয়না হায়রিবমখৈ ঐ য়াজরগে। ঐবু হাংতদি হাংপিগন্নুকো।

দেউল —হাংপিরোই। নঙনা নরমচং চুমথোক্লবদি মরম চাদনা নঙবু পাক হেক হাংপা য়াবা নত্তে।

বোরা —হায়বিরো ঐনা করি করি তৌগদবনো?

হিয়াং —থুদক্কগী চিঙ্গাক মপান্দা পুথোকখিবা লেপহনগদবনি। নহানমখৈ হোন্দোকখিবশিংডুসু অমত্তা চিথদনা পুশিল্লক্কনা সনাপুক্কৈদা চিঙ্গাক থন্না লৈহনগদবনি। হায়রিবসি হুমিৎ তরামঙানিগী মন্নুংদা থবক ওইনা মায়পাক্না পাংথোকদবনি।

বোরা —হে রাম, বোরা উটি ঐগী অমম্বা হুদিং হোৎনদো।

.............

(অরোনবা ফিজেৎতা অর্জুনা ব্রাহ্মন শারগা খাবৈ-
চেগপ কা পায়হনা, কৃষ্ণনা যোগী শাহনা ট্রাফিক
আইলেন্দ মনাক্তা ব্রারি শারি)।

অর্জুন —প্রভূ করিনো ভাকপীরিবা ব্রাকম্নসিবো ? ননাইবু
অরা ইপাক্তা হঙ্গিন হঙ্গিন লংথবীরনু কৈদোবগে,
অরাবা কোঙ্গাই থাওহনা লাক্রবা পুন্সিদা অমুক হৈরি
ছতা গুরু হাৎপগী পাপ অমুক লংশিনহনা শিরমদাইদা
ইশ্বরগী মিংলেন শোনবা ফাওবা ওমদবা অহুতদি
ওইনবিগনু।

কৃষ্ণ —পার্থ, নঙ পাপ হায়বসিবু করিনো খঙলবরা ?
রাজবংশদা পোক্রগা শাগৈগী মিংচং লংথৎনবা নশাগী
ইকায়থুম্নববু ঙাক্তনা পুন্সি লেপ্লগা নঙনা পুন্য তৌরি-
বনি হায়রগে নিরা ?

অর্জুন —প্রভূ ননাইদি ভাব তাবা ওমজক্রে। মী হাৎলগা
করম্বা মখলগী পুন্যনো কংগদৌরিবসিবো ? থন্দুনা
য়েংবীয়ু, পিক্লিঙৈদগী অম্বাবা কোঙ্গাই থাংহনা য়োকপি-
রক্রবা পিতামহ ভীষ্মগী পুন্সি থাংজক্তা পিথম্নহনবা,
গুরু দ্রোন অমদি কৃপা অনিবু ঐনা হাৎপা ঐ

ঙমজরোই। ঐ মী হাৎলগা ফংবা মায়পাকপতু পামজদ্রে কেশব। নারকশিংক্তো বনগী উহৈ চাতুনা পুন্সি লেনজগ্রগে। ঐবু মুক্তি ফংহনবীরো প্রভু।

কৃষ্ণ —মতুরা নঙনা চহি ১৩ মীরমদা ৱানা লেল্লুবদগী ফংলকপা জ্ঞান? হায়রকখো মথা তারকখো, পার্থ নঙগী ৱাফমসি য়াম্নবু ঙুংঙাইরি।

অর্জুন —ঐগী ৱাঙাং থুদিং কাগীঙম্না থনবিরে। হস্তিনাপুরদা কুনমাখোইগুবা শতাব্দীসিদা লন-থুম, জীব, ফুরা দলান কয়া মাংতাকহনবা ঙম্বা যম থাদতুনা মীওই লাখ কয়া শিহল্লসি। নৌনা মচা কায়নরবী মমা কয়াগী খোজেল, নৌমা পাঞা লুঞা ওইরবা ওইরবী কয়াগী থরুংদা ওম্লমগদবা মৈচাক কয়া, হিংনবগী লানফমদা খুৎলায় য়াওদনা থাদোকপিরবা নৌরিবী কয়ানা মচা থাক্লবা হোৎনবদা চৎথরক্কদবা অধর্ম্মগী মদক ওইরবা খোংজং, চরীত্রহীন ওইরবী কয়ানা শেংলগী অমদি মপানখোংগী ঙুংঙাইবা ফংনবগীদমক ঙসিগী কুরুক্ষেত্র লমহাংসিদা শাম্নরকদবা পুন্সি কুম্মৈ, য়েংবা ঙুংঙাই-বিগদরা প্রভু?

কৃষ্ণ —নঙদি ঙসগী হৈশিংলবা পাইলোট অমা ওইজবতনি, রাজনিতিদা খোংদারকপদি ঙরাংঙনি হায়বা য়াই। ঐনি পার্থ ঙসিগী কিবম শোক্লবা তাইবংসিবু কুপ্পা এঙগল কয়াদগী য়েংলিবদি। নঙনা নৌহোৎনা অমুক

নিংশিংলক্তবসু লান তৌরিডৈ অমদি তৌরবা মতুংদা ওইরক্কদবা ফিবম কয়া ঐনা হান্না খঙলবনি। মতু খঙনা খঙননি ঐনা নঙোন্দা লান হৌনবা তকশিল্লি-বসি। পাৰ্থ, ঙসিগী ফিবম কায়রবা চাদ্রবা তাইবংসিদা অচুম্বগী পুমতোপ তোপ্পা মশক অমা হৌজিক্কী হিংলিবা মীওইশিংদা তাক্লমদবা য়াদবনি।

অর্জুন —অত্বু প্রভু, হিংসাগী মতেং লৌব্রবদি মতু য়াররোইদবা জাংলা?

কৃষ্ণ —নঙনা অধ্যাতমিক্কী খোল্লাও কয়া লাওবনদি অচুম্বগী মশক খঙহনবা ঙম্লোইনে হে নিস্পাপ অর্জুন। ভাব তাখো পাৰ্থ, নঙনা অত্নুগা থম্মোয় পেৎকদবা লৈরবদি করিগী নহানঙৈ মতমদা দ্রৌপদী ফংনবগীদমক খুদোং-থিবা কয়া মায়োক্লক্করি? নঙগী মুপীবু নচাবু অরা-ঈপাক্কুগী কম্নবা হোৎনবা হায়বসি নঙগী ধৰ্ম নত্তবরা? করিগী পতিব্রতা দ্রৌপদীবু মুংথিল পোবোপ্তা বস্ত্রহরন তৌহল্লি? মতমত্তুদা মুপা ওইবা নঙনা নতিক, নথোনা ফুদোকপা ঙমখিবরা? অত্নুগুবা পিতামহ ভীস্মনা মগুমুপীগী ইজৎ মাঙলবা মতমতুফাও করিগী কম কোন্দুনা লৈখি? নিংথৌরেল ওহুবগী ভোগ চার-রোই থনবদৈ অচুম্বা রায়েল চথবা ঙমখিদবা নত্রা? হুকায়থুন্নকম ওহুরবা কম অমমম পায়হনবদা ওজা কৃপা, দ্রোন চেক মোক লাওখিদ্রে, ফিজং মরুমদা

লোত্তুনা লৈখি । ঙসিদি মখোয়দা পাংত্রবা অর্জুনা করি তৌরকপা ঙম্বা হায়বত্নু খঙহনবা পাম্মী পার্থ ।

অর্জুন —চহি ১৩ অরা-ইপাক্তা তাওরুরবা ঐগী মুংশিজরবা প্রজাশিংবু অমুক্তা অশোকপদা থুম চায়শিনবগুম্না লানগী মৈশা লাংহন্দুনা চাওরবা কুরুক্ষেত্র লমহাংসে অচৌবা পোৎলোইফম অমা ওইহনবা পামজদ্রে ননাইদি কেশব । লান তৌদনা ফংবা য়াবা অচুম্বগী লম্বী অতুতং তাক-পিয়ু প্রভু ।

কৃষ্ণ —মহু য়াগদ্রা খন্দুনা নাকল অনিমক্কী ফনবা ঐনা পিতামহ উম্নবা চংলুরিবত্নুনি । ফত্রবা দুর্যোধন্না পিতামহনা পাওখুম পিদ্রিবগী মনাংদা রাখল ত্থন খন্থদনা 'কৃষ্ণ নঙনা লৈবাক মন্থুংগী ওইবা সমস্যাদা থুৎ থিং জিল্লকনু লেংবিখিবনা ফনি' হেক্তা হায়রকপনি । মুমিদাংগী অখন্নবা চাক্লেন অতুগী মতুংদা পিতামহগা উম্নবদা ঐনা রাজরক্লবা পান্দবতা শাসনগী ভার অমুক হন্না শিন্নত্রফাওবা অপিকপা স্টেট মঙাখক্তগী রাজ্য-পালদদি ওইহনবীয়ু ফাওবা হাজম্নরবনি । পিতামহগী থম্মোয় পেংখিবা তারে খন্দুনা কুইনা রাম্বী শাম্নবগা তানজা দুর্যোধন্না পিখিদে লোয়ননা কুটনিতি তৌহুনা ঐবু ফাননবা শিনখিবনি । পার্থ, পাপী দুর্যোধনগী থম্মোয়দা অধ্যাতমিক্কী প্রভাব করিমত্তা তারোই ।

অর্জুন প্রভু, ঐ করি তৌসিগে খঙদ্রে, ঐ লম্মুক্রে । ঐগী

য়াখলগী লংজিন পুনখ্রে। অমুক্তা লৈকংদা ইরাক্লরিবা অসিদগী চিংখৎপিয়ু।

কৃষ্ণ —তাও হে নিস্পাপ অর্জুন, নংগী থম্মোয়দা লৈরিবা অনম্বা অতু কোক্লনবা ঐ রা খরা হায়গে। মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সিগী থোংচৎসিদা পোকপা শিবা হায়বসিদি অতুম লোয়নত্তুনতা লৈরবনি। মায়াতনা কূপশিনগ্রবা ঐখোয়গী য়াখলনা অশিবা হায়বসিবু তুকৎচনা থল্লি অতুণা অহিংববু তরান্না মথাদা কোন্দুনা থান্নংডি। অতুবু হৈশিংলবা হে রাজনিতিজ্ঞ অর্জুন, নঙাদ অতুগুম্নবা পোকপা শিবা হায়বা ঐখোয়না ঙাকশেনবা অমদি থুতুম চনবা ঙমদবা অসিগীদমক্তা থোয়না হেন্না য়াক্লগনু। নঙনা মী অমা হাৎলবসু মাগী আত্মাদি শিরোয়। তুমখিবা নাইবা হকচাং পোলাংনা মাঙখ্রবসু আত্মাদি লেঙদনা লৈগনি থাজো অর্জুন। নঙনা নশাগী মমল্ল য়াম্নবা পুন্সিবু মশক খঙবা ঙমদ্রে। কদোমদা চৎলগা পুন্সি মহে য়ানহনগদগে খঙদ্রবা মীওই কয়াসিগী লমজিং লমতাক নঙনা অমুক্তা পিয়ু কৈদোবগে? হায়, ঐখোয়না লৈরিবসে মীনা খঙখিবা য়াবা নত্তে, নঙগী তেঙ্গি ভিজন রিসিভর য়াওবা ঘড়ীতুদা কৌরব করি তৌরিবগে হায়বতু অমুক্তা য়েংউদনা।

অর্জুন —(ঘড়ীদা য়েংলদুনা) কৌরব হৌজিক মখোয়না শাসন পায়বা চহি ১৩ মপুং ফারকপগী পাংথোক্লিবা হস্তিনাপুর

কেস্তিভেলগী কুম্মেশিংদু য়েংহুনা লৈরি। হস্তিনাপুর দুরদর্শনা কুম্মেশিংদুগী Live Telecast তৌরি। পিতামহ, দুর্যোধন অমদি ওজাশিং মিৎ কুপ্তুনা জগোই, নাটক কয়া য়েংলি। গুপ্তচর বিভাগকী মীওইশিংসু মখোয়বু ভাকশেন্দুনা লোম্না লেপ্লি।

কৃষ্ণ —ফরে অতুদি, ঐখোয়বু থিবা পাক লাকখিরোই, রারি মখা শানখিবা য়ারি। মীওইবগী রাখল, ফিরেপ, অপান্বা অসিনচিংবসে ফিবমগী মতুং ইন্না হোংবা তারকই পার্থ। ফিবম্না ফৎচিল্লক্তুবদা অফবা মীওই কয়া ডাকু ওইরকখি। ফিবম্না ফরক্লবদা ডাকু ওইরম্বসু সাধু ওইরক্কবা নত্তে। ঐখোয় খুদিং ঐখোয়দা অকনবা ইথিল পিরিবা ফিবম কয়াবু ফগৎহন্দবা য়াদবনি। নওগী ফিবম য়াম্না ফত্তে। অতুনা নঙ মীহাৎপা ওইবা তাই, ডাকু অমগী শক্লোন লৌবা তাই। অতুগা ঐনা নাকোয়নবা নওগী ফিবম ফগৎনবা, নঙবু অরাফমদা তাগদবদগী কন্নবা অঙম্বা শক্তি শিজিন্নহুনা হোৎনগনি।

অর্জুন —ঐহোন্দা হৌজিকমক্তি মী হাৎপা ওন্বগী থৌনা অদু লৈত্রি প্রভু।

কৃষ্ণ —পার্থ, নঙনা হৌজিক ফাওবদা নশাবু মশক খঙজদ্রিবা অসিনি নওগী থাইদগী চাওরবা ইগনোরেন্স হায়ববু। অতুগীসু মথক্তা নঙবু লমজিংলিবা ঐবু ফাওবা মশক মুন্না খঙবা ঙমদ্রে। প্রিয় অর্জুন, খঙজিল্ল, মসিমক্তং,

ঐ অসি ঋতু মরক্তগী ঋতুরাজ বসন্তনি, ঈশিংগী মরক্তা মিনরেল য়াওরবা ঈশিংনি, লাইব্রেরীগী মরক্তা সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড ফংলবা লাইব্রেরি অতুগা মেটিনগী মরক্তা কম্পুতরনি। ঐনা হায়রিবা খুদিং অচুম্বা জ্ঞানগী মণ্ডল নিংথিনা য়াওরবা ঙাক্তনি হায়বসি কাওগনু। য়েংউ (ফোতো খরা পুথোক্তুনা পি) থি, ডাই-মেন্সনগী ফোতো ঙাক্তনি নেকেদ আইনা য়েংবা মুংঙাইরোই মতু য়েংনবা অথন্নবা অনোকসি উপ্পু। (অনোক পুথোক্তুনা পি)। .

অর্জুন —(ফোতো য়েংলগা) প্রভূ করিনো তৌরিবা মতৌসিবো অসুম্না থোকখ্রবরনে হস্তিনাপুরদা।

কৃষ্ণ —বিশ্বরূপ দর্শন উরবা মতুংদা নহাক জ্ঞান তারক্লে নত্রা? মতুমাক্ত থোকখিবনু। চহি ১৩ অসিদা থোকখিবা থৌদোক কয়া অথন্নবা ফোতোগ্রাফর খরনা নমশিন-হৌর্বনি। খরায় তানা য়েংউ।

অর্জুন —করি? তোল্লবা মুপামচা অমবু মুংশি হৈতনা হাত্তোক-পিরম্নবা, সনা শোরোক্তা হুন্দোক্তুনা থম্বিরম্নবা, হস্তিনাপুরগী প্রজাশিংনা উহৈ চাতুনা লেনখ্রবা অতুগা সনাকোনুংদা মার্ব্বলগী ফুরা কয়া। অমুকতু য়েংউনে তৌরিবসে, অথেংবা অহিংদা বোরা উচি শাবশিংনা প্রজাশিংনা চাগদবা চিঙ্গাক কয়া গন্ধার লৈবাক্তা হোন্দোকখ্রবা, নম্বেল খুদিং য়ু ঙাওবশিংনা থল্লে, পোৎকম

খুদিং পান তুকান খুদিং য়ুঙাং ঙাক্তা য়োল্লে, মুমিদাং হেক ওইরকপদা ওক্তবা ওক্তবীশিংনা লম্বেল শোরোক্তা চরাং মশা পাইথ্রবা, অতুগা মতৌসি উবদা থাংজমদ্রবা কয়ানা হিয়াং অথোবা, দেউলনচিংবা ওন্দুনা শোরোক লমজাও, বেঙ্ক, ইনস্টিটুসন, অচৌবা কারবালাশিংগী য়ুমশিংদা ফাওবা চংতুনা মথি ফোংলুরবা, দেউলাশিংনা ফাওবা মীয়ামগী লমচং চুমথোক্কে হোৎনখ্রবা, অতুদগী হেন্দোক্তুনা গন্ধারদগী লাকপা মাইবা থরনা য়ুম য়ুমদা চংতুনা মুপামখৈ তাহোল্লগা মৌ লৈশাবী ঙাক্তা লৈহল্লগা হিয়াং অথোবা, দেউল থোরক্তনবা ইরাং-চবান পাংথোকখ্রবা। প্রভু, মুংশিরবা ইরমদম হস্তিনা-পুরবু ফিবমসি মৌথ্রবনিকো। ফরে, থম্মোয় মুংগুল্লা কনশিল্লগে লান তৌরগে কেশব, ননাইদা থৌনা পিবিরো। কদাই ঐগী মালেমদা শিংথানরবা অয়াংবা ইয়ারক্রাফ্ট এফ-১৬, সনা কোম্নুংদা হাম্লা হেক্তা আক্রমন তৌরগে। (ফোতো, অনোক পিশিল্লে। থাবৈ-চেগপ পুতুনা চৎখ্রে।)

............

(মৈন ভাস্কোরকপদা পন্দ থাদবগী অহৌবা মথোল খরা জায়। মৈথুনা পৃম্মম মম্লকই। মী খরা মীপায়না চম্নরকই। যেকপ্রা ভাজগী পাওনম অমা পিরকই-খণ্ডহৌদনা পান্দবনা লান তাশিল্লে। কৌরবক্তি লাম্ছেংননবা ছান্না শেমশাহোদবনিনা মায়থিরে। শাসনগী চুপ্লি পান্দবনা নমজুনা মুনবিখ্রে। অশোক অপন কয়া থোক্লে। পিতামহ ভীষ্মসু ইন্টৈলিব কিয়ার ইউমিটঙা অরুবা ফিভমদা লৈরি।)

........

মফম :— অহুমগী কা

( সুগন্ধ যুধিষ্ঠির উনবা লাকই )

সুগন্ধ —ওনোরেবল সার, সারনা শাসনগী চুপ্পি পায়রবা মতুং-
শিদা হরাও নুংঙাইবা ফোংদোকপা লাকচরি ।

যুধিষ্ঠির —সুগন্ধ, নহাক মতম চানা লাকপা ফরে। ঐগী নিংথৌ
ওইবগী নুংঙাইবা ফোংদোকদবদি নহাকনা তমথীরবা
মীশক অমনা নত্তে। লায়রবা অরা অনাগী চৈথেং
ফংলুরবা প্রজা কয়াননি। মসি মুন্না ভাব তাও।

সুগন্ধ —সারনা তাকপীরিবসি ভাব তাবা ঙমজদ্রে। সারগী নুংঙাই-
বনা ঐগীসু নুংঙাইজবা ওইরি খঙ্গরিবনি। অদুবু......

যুধি —নহাক কৌরব সরকার তুখে হায়বসিদি খঙলবা নত্রা ?
অদুগীসু মথক্তা নবুংঙো সকুনি ঙসিগী তাইবংসিদা
লৈত্রে। মতমসিদা নঙনা মখা তানা কম পায়খিনবগী
করি হক লৈরি ?

সুগন্ধ —অদুবু সার, ঐদি এরাদ বিয়বনি, ঐগী অথোয়বা
এক্তিভিতিজ কয়াগীদমক খাইদগী চাওরবা হস্তিনাপুর
রথ্যাফাওবা পিবিদুনা ইকায়খুম্নবীখ্রবনি। রাজনিতিগী
অথুবা মিংয়েং থাদোকপিদুনা লমসিদা মীহাং মিপুনগী

চাং হল্লহল্লবগীদমক্তা মথা তানা ক্ষম পায়জনবগী অয়ুাবা অতুতং পিবিখিগনি হায়না আশা চাওনা তৌজরি । খঙরিবা কয়াসিবু অরেম্বদা কায়হনবিরগদ্রা সার ?

যুধি —নবুংঙো সকুনিনা মনা-মথ্ুম খরা পিখিরম্নগা নঙনা নশাবু মতিক চারে খঙবা শারি । ঐদি নঙগী মায়া জালনা কুপ্তুনা থম্বা ওমগদবা মীশক নত্রে । খঙজিল্লু পান্দবনা সরকার হেক পায়বগা পুং ২৪ রায়েল লোয়-শংশিং হাঙহনখ্রে ।

সুগন্ধ —পুং ২৪ রায়েল লোয়শংশিং হাঙহনখ্রবা ? অঙকপা রাকম্নি । মতুগী কায়বনা করি ওইগদৌরিবা ?

যুধি —রায়েল বিচার জুদিসিয়রিগী মপাঙ্গল কনখৎহল্লবদতা গনতন্ত্রগী মশক ফজবা হেনগৎলকনি । য়োৎপু শা-রিঙৈদা য়েহৌবগুম বিচারন্দু নৌরিঙৈদা তৌহৌগদবনি । কেস পেন্দিং থম্বনা অচুম্বা রায়েল চথবা ঙম্লোই । চহি ১৩ নমশিল্লম্নবা কেস থা ১গী মতুংদা লোয়শিনহল্লগনি ।

সুগন্ধ --ইমপোসিবল ।

যুধি —ইমপোসিবল ইজ দি ওনলিরাদ ফাওন্দ ইন দি ডিক-সনরি ওফ ফুলস । সুগন্ধ, নহাক নরাল মতিক চানা লৈরবনি । অতুনা বিচার তৌনবগীদমক নঙবু মফম-সিদগী রায়েল লোয়শং তাম্মা পুগনি । রায়েলবশিংনা নঙবু ফাঁসি তৌনবগী হুকুম পিরক্লবত্রু পান্দবনা চিংনবা লৈতনা পাংথোক্লনি ।

স্বুগন্ধ —এরাদ' রিমর অমদা অতুক য়াম্না লুম্বা দত্তি। হোয়ার লাইজ ইরোর ধর্ম্ম নিত্তি? (শাওনা)

যুধি —য়েংঙু ফোত্তোশিংসি। (যুধিষ্ঠিরনা ফোত্তো পুথোক্নুনা য়েংহল্লি স্বুগন্ধমু মতু কুপ্না য়েংত্তি।) করিগীদমক লায়রবী, পাঙ্গল শোনবী লুখ্রাবীশিংগী য়ুম মাং তাকহল্লুরি? করিগীদমক্তা নথা তাবা কর্ম্মচারিশিংবু অরৈবা মীনাইগুম শিজিন্নখিবা? মহাক নরাদনা নপোং ফারবনি।

স্বুগন্ধ —তৌখিবা থুঙ্দিং কৌরবকী দিরেকসন মতুংইন্না ঙাক্তুনি। ঐগী অনিংবা ঙাক্তা তৌখিবা নত্তে। মীয়ামগী হুংঙাইনবা হোৎনবদা কৌরবতা অঙম্বা নত্তেং পিখি। (ফোত্তো পিশিনখি) দেউলশিংগী সমস্যা কোকহন্নবা হোৎনবদা ঐনা কয়াদা বাজখি? মাইবা পাঞ্জি কয়া তাম্নতুনা লাই-তিন্দা ইরাং থৌনি কয়া তৌদুনা চাক্লোন কয়া কত্তুনা দেউল মাংহনখিনবা কয়া কম্না হোৎনজখি?

যুধি —(নোকই)দেউল মাংহনখিনবা ইরাৎ চবান তৌরগা করি কাম্নগদৌরিবা? কৌরবকী লৈঙাকলোন্দা অশোয়বা কয়া লৈবদৈ মীচমশিংগী আর্থিক অমদি সামাজিক ফিভম মওং চাদনা কায়রকপদৈ দেউল চোংথোরকপানি। পান্দবনা পানবা হৌবদগী দেউল থোরকপা থেংনরব্রা? হিংবদা বারবা, লাইর-চুদৎনরবা কয়ানা মতমতুগী লৈঙাকলোন্দা পেনবা ওম্নক্তুনা দেউল, হিয়াং অথৌবশিং ওল্লগা লম্বেল শোরোক্তা মথি

ফোংলকপনি। হৌজিক মহোয় ইংনা শান্তিদা লৈরে। দেউল, হিয়াং অথৌবা অমত্তা লৈত্রে। ফরে, সিনা য়া'মা অমা ওইরে । নত্ত হৌজিক মফময়সিদগী ভাক-শেম্নবা মী অমত্তা য়াওদনা য়ায়েল লোয়শং ভাম্না পুবা ভাট্ট। বন্দ শিংনা তোংনবা গাড়ীদা পুগনি।

সুগন্ধ —অদুক তমথীনা ঐবু ওৎপা। ফৈ, ইথক্তা রাজনিতিগী লমন থুম্নীংবতু থুম্বীয়ু। ঐ শিবগীদমক্তা অদুক হাক্লা হুংনাংগদবা মীওই নত্তে। অদুবু হস্তিনাপুবগীদমক্তদি মিসুংশি পোক্তবা ভমদে। কৌরবনা শাথিনা শোক-হল্লম্নবা লৈবাকসিগী আর্থিক অবস্থা পান্দবনা করম তৌরগা ফগৎহনবা ঙমগদৌরি ? নুনাকোল্লংদা ফন্দ মতিক চানা লৈত্রে। গন্ধারদগী পৃশিল্লবা শেলফম কয়া কৈদৌঙৈ শিংদৌরিবা, মতুগীদমক্তদি থল্লগা ঐগুম্বা মীওই থরদা অকনবা দন্দি পিনবস্থু হোৎনজবা শারি।

যুধি —মহু নঙনা য়াবিগদবা নত্তে। অনৌবা উদ্যোগকী থৌশিল কয়া হৌদোক্লনা লৈবাকী শেল-থুমগী ফকম ফগৎনবা হোৎনগদৌরি। চৎলু য়ায়েল লোয়শংদা ভাম্বয়ম্নগনি।

( মথবায় হুংঙাইডনা চৎখি, ভীম অমদি অর্জুন চংলকই )

ভীম —য়াথুং হন্দক মায়কৈ কয়াদগী প্রজাশিংনা হয়াও মথোয় কাবগী পাও কয়া লেঙনা লক্লি।

অর্জুন —অত্বু দি রাশক লৌখ্রে ভ'বদা সনা শোরোক লম-
জাওদা মীযাম্মা হরাওহন্না জগোয় শাথ্রিবত্নি।

যুধি —মীয়ামগী থাজবা অত্থু মপুং কাহন্দবা য়াদবনি ইনাওশা। ঐখোয় খোঙ-খুৎ পুন্দুনা লৈখোকপা য়াবা মতমস্তু নত্ত্রে। দ্রৌপদীগী মশম পুল্লু য়াদ্রি। মুপী অমদি লৈখা তারবশিংগী কোর্পোরেসন নত্রগা কমিশন অমা লিংদবা য়াদ্রি। মতুগী থবক পায়থৎপা হোবা য়ারে। থিজ্ঞরমগুমসি ইনাওশা।

ভীম —কমিশন অমা শেন্নগা শিন্নখোক্লসি য়াম্বুং। হায়রিবা কমিশন্দুনা মতম মতমগী ওইনা পিরকপা রিকমেন্ডেসন কয়া ঐখোয়না লৌবা তায়। অতুগা য়াম্বুং, হায়রিবা মুপী অমদি লৈখা তারবশিংতুগী বায়েল লোয়শংদা বিচার চথরবপা মতমদা উকিলশিংগী দরকার লাকপদা সনাকোম্নুংদা মখোয়না অরামন পিদনা নেকপা য়াবা উকিল কাংবু অমা অহিং মুংথিল নায়দনা থমশি।

যুধি —ঐস্তু মতু খল্লবনি, থমগনি। বায়েল বিচারগী থবকশি ইসেনসিয়েল সার্ভিস ওইনা লৌরগনি। মীয়ামগী অধিকার কন্নবা ঐখোয়না মতম পুদিংদা হোৎনসি। মহোয়গী অখিকার শোকপা হেক হৌরকপদা সমাজদা ইনস্টেবিলিটি থোরকই। ইং-তম্না লৈবাক ওাকপা ওমক্তে। অত্নুনা অখিকার কন্নবা ঐখোয়না হোৎনদবা য়াদবনি।

অর্জুন —য়াম্বুং, বিজ্ঞান অমদি তেক্নোলোজিগী মায়কৈদসু ঐখোয়গী লৈবাক শোথহনবা য়াবা নত্তে। ঐখোয়গা গন্ধারগা তেক্নোলোজি একচেঞ্জ তৌনরবদসু তোক্করবনিনা হৌজিক্তি গোকুলগা অমুক নোহৌননা পিথোকপিশিনগী থৌশিলসি লৌখৎমিন্নবা তারে।

যুধি —য়ারিবমখে ইরৈবাক্কী ওইবা তেক্নোলোজি চাওখৎহন্নবা হোৎনগনি। দরকার লাকপদা গোকুলদগী ইকিপমেন্ট কয়া পুশিল্লকবা হোৎনগনি। ঐখোয়গী সাইন্টিস্ট মতিক চানা লৈজবনি। মহোয়গী দিমান্দ মতিক চানা পিবা ওমদবদগী গন্ধাররোমদা লোইনা চেনশিন্দুনা থবক তৌথ্রে। মহোয় অয়াম্বা হন্দক ইকুই কুইদনা থুংলরগনি। ঐখোয়গী লৈবাকসু বিজ্ঞান অমদি তেক্নোলোজিগী লমজেলসিদা শরুক য়াবা ওন্নগনিদা।

ভীম —উদ্যোগকী অনৌবা থৌশিলসু থবক ওইনা পায়খৎনবা তৌরসি য়াম্বুং।

যুধি —তৌরগদবনি, তৌবত্রু ইরৈবাকসিগা চানবা লৌউশিংউবগা মরি লৈনবা উদ্যোগতা হেন্না মিৎয়েং চংগনি। থবক ফংদ্রবা নহারোল কোটি অমমম থবক কংহন্নবা থৌশিল শেম্নগদৌবনি। অহুগী মচাক মথুম ইবৈবাকসিদা লোয়না লৈ ঐখোয়না থিজিনবা রাৎপদগীনি।

(তহা তহা নকুল সহদেব চংলকই)

নকুল —য়াম্বু, পিতামহ ভীষ্ম ইক্টেনসিব কিয়ার ইউনিততা

অমোংবা পুংজা তায়হন্না কৈহৌরে ।

অর্জুন — করি ? (কপ্পী) পিতামহ, ঐখোয়বু থাদোক্লুনা চৎকদৌরবা ? মতু ওইখৌকপা য়ারোই । পিতামহনা ঐখোয়বু থাদোক্লুনা চৎখিবা য়ামোই । হস্তিনাপুর কনবা য়াওখিগদৌবনি ।

.............

# চুমথোকপা

| লামাই | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|
| ৫ | বুদ্ধি,না | বুদ্ধিনা |
| ৬ | এস্কপার্ট | এক্সপার্ট |
| ৭ | চুমদবা | চুমদবা, |
| (লামায় খরদা) | যুধিস্থির | যুধিষ্ঠির |
| ১৩ | শাওনা | (শাওনা) |
| ১৭ | বঙ্গনিংলিবা | কঙ্গনিংলিবা |
| ১৭ | তায় । | তায় ? |
| ১৭ | কনগনি । | কনগনি ? |
| ১৯ | থৌশিল্লগী | থৌহনশিন্দগী |
| (লমায় খরদা) | কুন্তি | কুন্তী |
| ২৩ | মহ | মহৈ |
| ২৪ | গন্ধাব | গন্ধার |
| ২৬ | করিগীনো | কারিগী |
| ২৯ | লৈঙাক -ল্লাম্না | লৈঙাকলোম্না |
| ,, | তৌথিবদি | লৌথিবদি |
| ৩০ | ংশিল্লকই । | লংশিল্লকই |
| ,, | কোহুরম্মী | কোয়রম্বী |
| ,, | ঙাওহৌইকা | ঙাওদোইকা |
| ৩০ | হায়রম্মী | হায়রম্বী |
| ,, | চীঙগে | চিংগে |

| লামাই | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- |
| ৩১ | কমদোসগে | কমদোসি |
| ৩২ | ঐখোয়স্ | ঐখোয়বু |
| ৩৬ | কাবকপা | কারকপা |
| ,, | মায়পাক্লগনি, | মায়পাক্লগনি । |
| , | ভোল্লবদগীস্, | ভোল্লবদগীস্ |
| ৩৮ | ' স্নম | 'স্নম |
| ৫০ | থক্তোক মুহায়হুনা | থক্তোকনু হাযহুনা |
| ৫১ | শোযদনা | শোয়দনবা |
| ৫৭ | ফিভম কায়রবা চাত্রবা | ফিভম-কায়রবা |
| ,, | নতিক, নথোনা | নতিক নখোনা |
| ৫৮ | হাজয়থ্রবানি | হায়জ্ঞবানি |
| ৬২ | কারবালাশিংগী | কাববারবালাশিংগী |
| ৬৪ | রুত্মফাওবা | রত্নফাওবা |
| ৬৭ | য়াম্বুং | য়াম্বুং, |
| ৬৮ | অজুন | অজুন |
| ,, | য়ারবানি | য়াদবানি |
| ৬৯ | ইবৈবাক | ইরৈবাক |
| ৭০ | য়াম্বু | য়াম্বুং |



**অইবগী হান্না থোকখ্রবা**

মতমগী কুরুক্ষেত্রদা বিশ্বরূপ দর্শন ( লিলা ) ১৯৯২

**অইবগী থোকলকপদবা**

১ ) মতমসিগী সমাজদা পুন্সি অমা
২ ) ফিজং মরুনদা অনৌবা তাইবং
৩ ) মচেৎ তানা কায়থরক্লবা পুন্সি

**'নাত'কী হান্না থোকখ্রবা**

পঙ্গং ( বারী মচা ), স্যামকুমার লাইশ্র   ১৯৯১

**'নাত'কী থোকলগদবা**

১ ) নাতকী থোমজিনবা বারীমচা ( প্রেসতা )
২ ) নুজা ওইবী ( বারী মচা ), গোকেন্দ্র ( " )